আরকে
মধুবীর

# প্রলয়গী মৈরিরক্তগী



রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল

আরকে মধুবীর

# প্রলয়গী মৈরিরক্তগী

(১৯৭৪—১৯৯১)

অহানবা ফোঙবা—১৯৯১

নম্ফম—

দ রাইজিং প্রেস, বি টি রোদ, ইম্ফাল

অমসুং

সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস, মোইরাংখোম, ইম্ফাল

মথুম —

শ্রীথাংজম ইবোমচা ( ডুকো )

ব্লোক—

দয়া ব্লোক এনগ্রেভর্স,

মোইরাংখোম, ইম্ফাল





মমল—

৩৫.০০

# রামাঙ য়ানবা

রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল ( অইবশিংগী মরুপ ) সেপ্টেম্বর তাং ৩, ১৯৮৮ ইংদা লিংখৎখিবনি। পান্দমদি মণিপুরগী অইবশিংনা মায়য়োক্লরিবা মরুওইবা সমস্যাশিংগী মন্নুংদা অমা ওইরিবা মশানা ইজবা লাইরিক ফোঙবা ওমদবা অসি কোকনবা শেলগী মতেং পিবা হায়বসিনা মপুংনি। অইবশিং অমস্মুং সাহিত্যবু নুংশিবা মীওই কয়ানা পুল্লগা লিংবা সংস্থান অসিগী মেম্বর পুন্নমক্লা মশা মশাগী থাগী শেনখায় পুথোকনৈ অতুগা অপুনবা শেনফম শাগৎলি। শেনফম অতু মথং মনাউ নাইনা মেম্বরশিংদা পিতুনা লাইরিক ফোঙই।

লাইরিক ফোঙতুনা শেন্দোং তানবগী রাখল লৈতে। শুপ্নতগী অইবশিংবু পুকনিং থোগৎপা, তেংবাংবা অমস্মুং মশুণ লৈবা লাইরিক মথং মথং ফোঙতুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুকৈ হেন্না চোলহনবা অমস্মুং ইনাক খুলহন্নবা চঙশিনবা খোঙজংনি। খোঙচৎ অসি লাইরিক ফোঙবগী মায়কৈদদি অনৌবা আন্দোলনগী মশক অমনি।

ঙসি ফাওবদা ফোরম অসিনা লাইরিক ১০ পুথোকখ্রে। শ্রীরাজকুমার মধুবীরনা ইবা "প্রল্লয়গী মৈরিরক্তগী" কৌবা শৈরেং লাইরিক অসিনা ফোরমগী ১১ শুবা লাইরিকনি। লাইরিক অসি খ্বাইগী খুত্তা শিন্নজরি।

ইম্ফাল

মে, ১৯৯১ ইং

লমাবম বীরমনি

জেনেরেল সেক্রেটরি

রাইটরস ফোরম ইম্ফাল

# রাহৈ খরদং

"প্রল্লয়গী মৈরিরক্তগী"— ১৯৭৪ অদ্বাইদগী মচিং হেক হেক লাকপা মিকুপ মিকুপশিংদা খোংচিলহৌবা শৈরেং মচা মচা খরনা খোমজিঞ্জহুনা পুনশিঞ্জবা লাইরিক মচা অমথকনি রেডিও, জোনেল অমদি কবি সম্মেলনশিংদা পাথোকখিবা অমস্তুং ফোঙখিবা খরা অমসু য়াওরে। পিক্রুবস্থ পিক্রা লাইরিক ওইনা ফোংডলগে খনবা কুইরবনি অদুবু মতমসিগী পোং-চৈনগা তাওবনে, পাবিনবগনা তাওবনে কৈদৌ-রুগবনো হায়দুনা মফম অমদা অমুক তা, অমদা অমুক য়েপ তৌদুনা লৈরুরবনি। লাইবক ফবদগী হায়সিরা, মাগী মকুম মথা শুরকপ্ল-নিবু খনসিরা রাইতরস ফোরম, ইম্ফালগী মেম্বর ওইজরুবদগী শেনগী মতেং খরা (লোন ওইনা) লৌজহুনা মপুং ফারবস্থ ফাদ্রবস্থ মীয়ামদা পুথোকচবগী খুদোংচাবসি ফংজবনীদমক পুরিংদা নুংঙাইবা পোকই। ফোরমসিগী থৌদাং পুবিরিবশিংবু ভৌবিমল খঙবা উৎচরি। মথদা শ্রীমাইসনাম দেবেন সিংহ মেনেজর রাইজিং প্রেস, ইম্ফাল অমদি ঐবু তাকপি তিকপিরকপা ওঝা, শ্রীএলাংবম সোনামণি সিংহ (আই, এ, এস, রিতাইয়ার্দ) ভদ্রলোক অনিনা য়াম্না পুক্লিং চংনা প্রুপনচিংবা ফাওবা লৌবিদুনা ঙস্বা মথৈ মওং তান্নবা মতৌদা নম্নবা হোৎনবিরকপ-গীদমক পুন্সীগী ওইনা লমন তোনশিঞ্জরে হায়বসি খক কাওজরোই। অরোইবদা ঐগী থোপ য়াওদ্রবা কোকসিদগী থোকখিবা মচোই মচোইরবা রাহৈ পরেং খরসিন, (শৈরেংগী মঙাংদা দালন তোমাসনা হায়রম্বগুম). পাবিরিবা কনাগী মফমদা করিগুম্বা পাওজেল অমত্তং পিবা ঙমজহুনা মিকুপ খরতং নোকহনবা, কপহনবা, শুগৎহনবা তুকচ্চহনবা, খোইদৌ শাওগৎহনবা নত্রগা করিমত্তসু ওইহন্দবা হেক ঙম্লবদি য়াম্না পুক্লিং পেঞ্জগনি, হোৎনজবগী মহৈ য়াল্লে নীংজগনি।

ইম্ফাল
১৫, মে ১৯৯১

মধুবীর

# য়াওফম


| | শৈরেং | | লমায় |
|---|---|---|---|
| ১। | প্রল্লয়গী মৈরিরক্তগী | — | ১ |
| ২। | হেনজিনখ্রে লাইনাসে | — | ৪ |
| ৩। | তাইম বোম | — | ৯ |
| ৪। | শৈরেং ইয়ু শৈরেংৱা | — | ১৫ |
| ৫। | হৌজিক করি তৌগনি | — | ২১ |
| ৬। | ব্লারৌগন্নুকো ইমা | — | ২৪ |
| ৭। | তোর্ব্বানগী খুন্নু য়েংনা য়েংনা | — | ২৭ |
| ৮। | তপ্পা তপ্পা | — | ২৯ |
| ৯। | উরক নারকসিদা | — | ৩০ |
| ১০। | উজরুৱা খরা | — | ৩৩ |
| ১১। | নত্রে মফমসে | — | ৩৪ |
| ১২। | ঐগী মৈত্রবাক | | ৩৭ |
| ১৩। | লানথোকখিনৱা মফমসি | — | ৩৯ |
| ১৪। | কংলৈচা | — | ৪৩ |
| ১৫। | পালগৌসন্নু নুংঙাইনা | — | ৪৪ |
| ১৬। | মীথীবোং মীতম্বাল অমদা | — | ৪৬ |
| ১৭। | মিকুপ অমত্তং | — | ৪৭ |
| ১৮। | লম্বেল | — | ৪৮ |
| ১৯। | মৈতৈ মচা | — | ৪৯ |
| ২০। | লাকত্রেদনা | — | [illegible] |
| ২১। | রোবোৎ | — | [illegible]৫ |
| ২২। | ঐগী রুইংশুং | — | ৫৭ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৩। | তাইবংসে চাওরবা লায়েংশঙনি | — | ৫৯ |
| ২৪। | শাদানবা | — | ৬১ |
| ২৫। | ওম্থোকপনি | — | ৬৪ |
| ২৬। | গান্ধীহু নত্তে মহাত্মাহুনি | — | ৬৮ |
| ২৭। | মচা লৌবা | — | ৬৯ |
| ২৮। | মঙগী মরুপ্তা | . | ৭৫ |
| ২৯। | ঐস্থু ইমুংহুগী মীনি | --- | ৭৭ |
| ৩০। | মমিং থোনদ্রিবা শা | — | ৭৯ |
| ২১। | কুনশুবা শতাব্দী লোইশিল্লক্কে | — | ৮১ |
| ৩২। | পুন্সী | — | ৮৪ |
| ৩৩। | থাদোক্লসি ইমা | — | ৮৮ |
| ৩৪। | পাচা লৈখিদবদা | — | ৯০ |
| ৩৫। | উমং অমা | — | ৯৩ |
| ৩৬। | হনগদৌরি | — | ৯৫ |
| ৩৭। | ঐহাক নিংথোনি | — | ৯৬ |
| ৩৮। | ঐহাক্কী লৈফম | — | ৯৯ |
| ৩৯। | থাশিগী পুর্নিমা | — | ১০০ |
| ৪০। | কনাগী ইতিহাস ইসিগে | — | ১০১ |
| ৪১। | লোইশিল্লকপদা | — | ১০৩ |

# প্রলয়গী মৈরিরক্তগী

কৃষ্ণরা, জেসসলা, আল্লারা ?
নত্রগা সনামহিরা ? কনানো অমহেক্তা
ঐবু প্রলয়সিদগী অমুক্তা কল্লুনে
কল্লুনে ঐবু প্রলয়সিদগী অমুক্তা।

ঐগী স্বরদা মুংশিং য়াওরি
ঐনা থকলিবা ঈশিংদা ঈ য়াওরি
অতুগা ঐগী চিঞ্জাক্তা মচি য়াওরি
অতুবু কান্নরোইদৌরে, কান্নত্রে
পুন্সীবু ঐগী কনবা ঙমলোইদৌরে
কৃষ্ণরা, জেসসলা, আল্লারা ?
নত্রগা সনামহিরা ? কনানো অমহেক্তা
ঐবু প্রলয়সিদগী অমুক্তা কল্লুনে
কল্লুনে ঐবু প্রলয়সিদগী অমুক্তা।
ঐনা তোংলিবা গাড়ি অচেনবনি
ঐনা চারিবা চিঞ্জাক অহাঙবনি
ঐনা শুপলিবা কাস্থা অহিংবনি
মাঙগদৌরিবদি ঐতনি, অতন্নরকলিবসু ঐতনি
কৃষ্ণরা, জেসসলা, আল্লারা ?
নত্রগা সনামহিরা ? কনানো অমহেক্তা
ঐবু প্রলয়সিদগী অমুক্তা কল্লুনে

কল্লুনে ঐবু প্রল্লয়সিদগী অমুক্তা।
খরনা হায় ঐহাকপু
লৈরন্মী, লৈরি, লৈখিগনি
খরনমুক হায় অরেম্বনি কাম্নত্রবা তাইবংনি
অচুম্বনি, মৈরানবীনা মৈরিরক্তা ঙাওজবগুম
লেমলৈঙানা ঈশিং ইচাওদা চোংশ্নবগুম
অতুগা উটনা তিংখং শায়রগা
মশাগী ঈগী ঈখৌ লাংজবগুম
জগোয় রাসকী কৃষ্ণ শাবসা
হেন্না তমশিল্লু খরগা মান্নবা
লুচিংবা শাতুনা অওইবোইনা লৈবাকঙাকলিবা
শীজর, হিতলর, অতুগা গান্ধি
ওইবা য়ারোই মখোয়গী ফিজোল শেৎচিনবনখক্তি
ফেনসিদ্রেসকী য়াহোং তাতুনা তোক্কনি, কাক্না শাবা।

অঙাংদি লিনবু কিনরবনি
নহাদি মাইবা শান্নত্রবনি
মুমিৎমু নোংপোক্কগী অতুম থোকলিবনি
ঐশু ঐহাক অতুম ওইরিবনি
মাস্মু মহাক অতুম ওইরিবনি
ওদিসসকী মরুপশিংনা ওক ওল্লকপগুম
নহাক্কনি নহাক ওইত্রিবা
হায়য়ু, নহাকপু নহাক্কী নহাকতুরনে?
ন্যুক্লিয়ার হোলোকস্তকী মিপাইনরবা!
স্তাররারগী অকি তুজুংনরবা!

কমপ্যুতরগী শক্তিনা লৈবাক ঙাকলবা !
ইঞ্জিনগী মহুত্তা লমবেলনা মথন্তা চেঞ্জরবা !
যুগসিদা, নহাক্তি খুল্লি শেন্দাং মথিবু শিকিনি হায়না
ওইরি পাহোম লম থরতংগা অমুক খোপচিল্লহৌনবা
নংনা হায়রিব্বু উপালনা নহাক্লা ওইগে
ঙম্লগা য়েংতুনা হিংজৌ ঐবু, উরিগুম নংঙান্দা
নহাক্লা হিংলিমখৈ ঐবুস্মু হিংঙু
নহাক্লা শিবকান্দা ঐবুস্মু অতুম তুমিন্নসি
অসিনিনে, অপাম্বদো নহাকী ?
অসিনিনে, অপাম্বদো নহাকী ?

নত্তে নত্তে ঐহাক তুশোনবা অয়ম্বতু নত্তে
নহাকী ৱাঙাং, নহাকী শাজৎ, নহাকী ধর্ম্ম
তুংইনগদবস্মু নত্তে, নত্তে নংগী নতৌ তমগদবা
ঐগীস্মু লৈজৈ অশংবা উপাল্লক্তা থেক্লা খোইনা চেনবা লম্বেল
লৈজৈ অপাম্বদো, অনিংবদো, তৌশিন্নবা ঈশ্বরগী
তৌশিন্নবা লাইশোন তাবগী মহুত্তা
শজি-শঙাইগী চেনচোংবা চেক্লাশিংগী হুংশিবা শৈশক
য়েংহুনা, তাহুনা লেপ্পবগী পুন্সীদো
কল্লক মীহৌ য়াওদনা ঙংজহুনা তপ্লা তপ্লা
হৈজবা ঐগী স্মুরনা অনিং অনিংবা
ৱাথলগী ঈনোৎ ঈপোমলক্তা পুন্সী
লৈজৈ লৈজৈ ঐগীস্মু পুন্সীগী মহাওদো খোইথুন্নরবা ।

# হেনজিনখ্রে লাইনাসে

চহি কয়াগী মমাংদগী হৌরক্লবা পান্বীনি
উহৈ য়ানবা য়ারবা পান্বীনি
অদুবু হৌজিক ফাওবা মপাল তমদরি
অনিংবা, অপাম্বা খরা খরা
ফোংদোকচরিবসি মঙায়রে, ঐগী পুন্সী হায়ববু
থেংন থেংনবা মরুপত, ফাগীগী রাহৈ অমনিতং
অদুক চুরুপকী মৈথুরক্তা
মৈথুনা অহাংবদা তিনখিকঙুম
ফাগীগী রাহৈশিংনা তিনশিনখ্রি
ইশাগী ইতিহাসকী লমায়দা ।

অশেংবনি
নহাক
ঐবু শকখঙবা য়ারবা মতমনি
চহি কুমজা কয়া শুখ্রে
মাপ্লেমসে ফিজোল কয়া হোংখ্রে
অদুবু ঐবুতদি নহাক্না শকখঙবা লৈত্রে ;
ওন্থোক্লা তাঙলবা পুন্সী মিকুপতা
থেংনরুদুনা খুৎশন্নরকলবা মরুপনি
অরা অনা কয়া মায়রোংমিন্না
নুংঙাই পুংজা কয়া হরাওমিন্না

লেনমিন্নসি, লেমিন্ননি. লেনমিন্নগে
অমত্তা ওইবা রাখলনা
লিচিংহুনা লাকমিন্নবনি ঐগা
চহি কুনজা কয়াসে পোথাক্‌ম খণ্ডদা।

লৈশাংহৌরে লৈপাল কয়া কয়া
হৈতমহৌরে হৈপাল কয়া কয়া
ওম্ভোরা ঈংনা পোথাহৌরে ভারত মহাশাগরস্থ
অহিং কয়াগী অচিকপা থুগাইদনা
অহুবু নহাক অসিবু করিনো ?
ঙসি ফাওবদা ঐহাক্‌পু
মিকুপ অমত্তং ফাওবা পোথাক্‌ম পিদরি।

ফাগী কয়া ভৌহুনা য়েংই অতৈগুম নোক্লকত্রা হায়না
সুঙগী মুর্ত্তিদা শঙ্গোম হৈবগুম্মী কাম্নদে
মীৎ–না শংদোকুনা শাওহুনা য়েংই অতৈগুম কিত্রা হায়না
ভৈরবীগী শক্লোননি, তমলুদনা নহাক্লা শারকপা
লৈজবা ঐগী লন-থুম, হৈ–লৈ কয়া
কংতুনা অমুক য়েংলবনি লক্ষ্মীগুম
অহুবু কাম্নদে, ঈচাওদা কাবা কোঙ্গোলগুম
শ্রা শ্রা তুমই লন-থুম
শ্বাই শ্বাই কংই লৈ-শু।

তাইবং কৈথেল ময়ায়দা
তরেৎকী শেনজা তাল্লুবা হুমাংলক্তা লেমলৈগুম ঈরোইরুবা

ঈকোক পাৎকী কাও ক্বাবমক্তি নবেদনা
মোইরাংগী খম্বনা থোইবী মাতবু ফংননবা
পুন্সীনি পুন্সীসে পুন্সীসি ঐগীদি
মায়রোং য়াদ্রবা য়াদ্রবনি অরা-অনা কয়াসে
থম্বু থমলুখো, মনা-মথুমগী বাদি লাপনা
শুপনগী ঐতবু খঙউ হায়বনি কনানো হায়বা
খঙনদ খঙনদ খঙহৌদনা পুন্সীসে লোইদৌরি।

ইশাম্বু লৈখোমলক্তগী হৌরকপা থম্বালনি
লৈখোমলক্তগী হৌরকপী থরো নংতবু
শামাম্বনি নীংনা খোয়দাজরুবনি
পাক চাওরবা লৈকোল কয়াগী
মপাল নাইদ্রবা পুখ্রি পাৎশিংগী
মচু মচুগী লৈরাংশিংগী মীনোক থওইদা।
পোখ্রাফম খঙদ্রবা থম্মোয়না
পোখ্রাফম ফংগত্রা মিকুপ খরদং
য়েংলুই তাজ যমুনা তোবর্বাংগী মেরাগী থাবল্লক্তা
কাহুনা য়েংলুই অরাপ্পদা লৈত্রা হায়না পোখ্রাফম
রাংলবা কুটবমিনর মতোন্দগী কোয়মা
চৎলুরে ইতোমতা ছিলকা পাৎ লানথোকতুনা
মহাদেবগী মন্দিরদা পুন্সী অসি লেল্লসিরা ?
অহুগা য়ৌরুরে লুম্বীনি গার্দেন
ভগবান বুদ্ধদেবগী পোক্ৰফম।
হাম5ৎ হামফোইনরকই, পুক্লিংসি তয়াং তশোয়রকই
শীদার্থ মশামক্তা পোখ্রাফম খঙদা

থাদোকলম্বা, তাম্ববা মফমদুদা
করম্না ফংগদগে পোখ্বাফম ঐবু ?

অঙকপনি পুন্সীগী ঈরেন
পোখ্বাবা লৈতনা চেল্লিদো নংদি
পোখ্বাফম খঙদ্রবা ঐহাকপু পুহনা ।
শুকই ইনিংদ্রবনি পরেং অমত্তা শেরেংগী ঐহাক
তন্নবনি লীবা রাহে অমত্তং ঐগী রারীসে কনাদম্ব ।

অমরোমদা
কনবা ঙমলরোইদবা অনাবনা নারে
পৃথিবীসে শিনবা থুংনা
কল্লক মীহৌবগী, হুরানবগী, লৌতুনবগী
অচুননি, মীতম্বাল্লকসিদগী মীওইবা কম্নবা
ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মথুৎমক্লা
থাদখিবনি ন্যুক্লিয়ার খুৎলাই
কাপখিবনি নিওট্রোন বোম পৃথ্বী থুংনা
হৌজিক, পৃথিবীসিদা মী লৈররোই
পৃথিবীদা শা-ঙা, উচেক-রায়া
জীব পানবা অমত্তা লৈররোই
নং, মা, ঐ, মখোয়
অরাবা, মুংঙাইবা, অশোনবা, অকনবা
কনা অমত্তসু হৌজিক লৈররোই
থরাই পানবা অমত্তা ঙসি হিংলরোই
অদুদি নোং চুখিগদ্রা ?

নোং অহুম চুখিগনি
মুংশিৎ অহুম শিংখিগনি
মুমিৎ, থা, থৱানমিচাক অহুম থোকখিগনি
ঋতুগী খোংচৎ কায়রোই
সমুদ্রগী ঈশিং কংলোই
শুগ্নগী থৱাই পানবা জিবতনি লৈরোইদোবা
অহুদি মাঙলে হায়বা ?
করিদি তৌগনি হৌজিক ?
হেনজিনগ্নবদা কনঙমদ্রবা লাইনাসিনা।

# তাইম বোম

চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা
অহল অমখক্তা পিরম্মী
তাইমবোম অমা, মাগী মশুদা
মশুহুনা মশুদা, মশুহুনা মশুদা
মশুহুনা মশুদা, মশুহুনা মশুদা
শিন্নরম্বা তাইমবোমদো ঐগী ইপুবোক্তা
পিরম্মী নোংমা ঐঙোন্দা
য়েংউ তাইমবোম অসে
নোংমদি শোইদনা পোকখাইরকনি
ঙসি, হয়েং. হংচিং, মশেম
কৈদৌঙৈনো মহুতনি খঙদ্রিবা
মসিনা হেক পোকখাইরকপদা
লোইরবনি ! লোইরবা ! লৈবাকসে !
করম্বা মিকুপ্তা খোক্লগবা
অসুম্না শোল্ল-শোল্লহুনা
শিন্নরম্মী ইপুবোক্তা ঐঙোন্দা ।

সত্য যুগতা রাম পোকখি
মতমহুদা অচুম্বা তৌনরম্মী,
ত্রেতা যুগতা ভারত পোকখি,
মতমহুদা থকশি-খাশি ঙাক্লরম্মী ;

দ্বাপুর যুগতা, কৃষ্ণ, পোকখি
মতমতুদগী হৌরে তাইবংনা খত্রক মত্রক;
কলি যুগতা ভিম পোকখি
অকনবনা অচুম্বা শকপা যুগনি;
অতুগা হৌজিকনা বলি যুগ
মপা—মচা, মচিন—মনাও
মচনু—মচে, মরুপ-মপাং
অমত্তা খণ্ডনদবা, অমত্তা য়েংনদবা
অঙম অঙম্বা চাথৎনবা
অঙম অঙম্বা হাৎতৎনবা
মান্নি হৌজিক বলিযুগনি।
তংশংনমক খেন্নবা অমত্তা লৈতরে
মুপী, মুপা, থুদিংমক
ফিজৎ-চাকচা, ঙাঙাং-শাঙাং
শাজৎ-লিচৎ, শাওং-শাদা
অমত্তা খেৎনদ্রে, অমত্তা ওইনরে
মুপীগা মুপাগা চপ চপ মান্নরে
রাজনিতিদা ··· ···
মুপীসু য়াওরে মুপাসু য়াওরে
ওফিস থুদিংদা ··· ···
মুপীসু কারে, মুপাসু কারে
অহিংদা রিকশা ···
মুপীসু থোরে, মুপাসু থোরে
হৌজিক ···
খেৎনবা অমত্তা লৈতরে।

মহাত্মা গান্ধিনা ইবা লাইরিক
বিএ, এমএ, দা তমই
জবাহরলাল নেহরুনা ইবা ইতিহাস
চাওরবা রিসার্চকী মচাক ওইরি
মরকসিদা মহাত্মাগী, জবাহরলালগী
মিং শোল্ল শোল্লদুনা চেংজংবা সাধু কয়ানা
চমজরবা, পঙজরবা, মীওই লিশিং লিংশিং
খোংনাং পাম্বীগুম নোংলৈ মুংশিংনা হুমদংলবা
মফম মরাং খঙদনা হাইহৎতুনা মাঙহল্লি।
করি হায়রে নহানগী সরকারগী
গোদাওনদগী চেং হুরম্মী হায়দুনা
ফাখিবা কর্ম্মচারি অদুবো?
মমিং করি হায়রে?
মাগী মথক্তা করি একশন লৌখ্রে?

অঙকপনি মৈত্রবাক ···
লেপ্পা লৈতে হরি নোংনাংগী খোঞ্জেল
লৎপা লৈতে ক্লাক্কী লানবাও
চৈরকসিদা অমুকম্মু লাওররি
য়াম্না ফাওবা শারদুনা
লাওররি হরে কৃষ্ণ, হরে রাম
হরে কৃষ্ণ, হরে রাম
শরক লমজাওদা, ওফিসতা, থবক শুফমদা
লাওররি নাকোং শিংজা য়ৈবমখৈ
গেরুয়াগী ফিজোল শেৎলদুনা

অদুগা নীরি দান অঙম অঙবা
য়োল্লি লাইহ্রিক ধর্ম্মগী মিংদা ইরদুনা
শরক লমজাওদা, ওফিসতা, থবক শুফমদা
শরক লমজাওদা, ওফিসতা, থবক শুকমদা।

লোকেল পেপর অমগী
ফ্রণ্ট পেজদা ইরি
পোইত্রি রার্কশোপকী কর্ম্মচারি তরুক লৌগদৌরি
ক্বালিফিকেসন—
ফিজিক্স, কেমিস্ত্রি, মেথমেতিক্স
লৌদুনা বিএসসি পাস তৌগদবনি
মুশীদা খুদোংচাবা পীগনি—
লোইয়ারমদগী লাকপা মীওইগীদমক
পোস্ত মঙাখক্তং রিজার্ভনি
তৌগদবা থবক—
নোংমদা কবিতাগী পরেং তরা তরা
য়ামত্রবদা ইগদবনি—
অতোপ্পা লমাই অমদা অমুক ইরি
দুকান শাঞ্জরি—
লুপা লিশিং অমমম দিপোজ্জিৎ তৌগদবনি
উপুগী দুকাননি
মশা মশানা মফম পুথোকচগদবনি।
ঙরাং—
পাওনা বজারগী হোটেল অমদা
ঐনা অসুম অসুম চাক চারিভৈদা

য়াম্না নানবা পুখম অমা পায়রম্বুনা
হোটেল বোই অমনা ঐগী নাক্তগী
ঐনা চাবগী ঙা মরূশিংম্বু খোমজিল্লি
ঐনা করিগীনো হংবদা
—ফিসচোপ শাম্নবনি অলুগা।
মাগী পাওখুমম্বু তাবদা
হোটেল মেনেজরনা মাবু য়েংই চাগদবগুম
মমিৎ ঈ কারম্বুনা
মকোয় ফেং ফেং চোংলম্বুনা।
অঙাংম্বুদি উদমালে
মথোম্বু অম্বুম তৌরি
ঙা মরূশিংম্বু অম্বুম খুল্লি।

চাওখৎপা লমদা, ওপরেশন তৌম্বুনা
মুপী মুপাগী হকচাং কয়াৎ হোংদোক্লুনা
মীওই কয়া অপাম অপাম্বগী মতুংইন্না
ছ্যমেন রাইত ফোর বোৎ সেক্সস
ফংনরবা, লৌনরবা যুগনি হৌজিক
অম্বুবু
হৌজিক ফাওবা ঐগী মৈত্রবাক
ওম্মোক্না নোকনিংখ্রবা মীওইতনা থল্লি
প্রকৃতিগী মায়কৈদা য়েংলুরবম্মু,
মৈত্রবাক্তা মৈতৈগী লৈরাং শাৎতে
মৈত্রবাক্তা মৈতৈগী হৈরাং পান্দে
মৈত্রবাক্তা মৈতৈগী উথুম খোংদে

ফৌশু ঈশৈ হায়বদো মৈতৈ চনুগী মুংশিরবা
কমদৌবগে ঐঙোন্দা অমুক্তা শকপিয়ু
ঐদি অমুক্তা তাবা ফংজদ্রি
অখণ্ড অহৈশিংদা হংলুবদসু
—পুয়াদা য়াওরি, পুরান্দা ইরি
সিদগী হেন্না পাওখুম পিরকতে
অশুন্না অসুম খণ্ড উদনা
পুন্সিসে অসুম অশুম হৌজিল্লকলি।
ইপুবোক্না পিরম্বা তাইমবোমসিনা
কৈদৌঙৈনো, করম্বা মিকুপ্তুনো কায়গদৌরিবা ?
পোকখায়দবা থোক্লগনা ঐনা হিংলিঙৈসিদা
কনাদা শিন্নরমগনি ? কনানা লৌহৌগনি ?
ইচাদরা, ইশুদরা ?
করম্বা কান্দানো মসিনা পোকখায়গদবা
চপ চাবতুসু হংহৌদবনি ঐনা
শিন্নরম্বা কান্দুদা ইপুবোক্না ঐঙোন্দা
ওন্থোকপনি ঐগী তাইবোম
করম্বা মিকুপত' পোকখায়রগবা।

# শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা

সগোলশেন অমা হৌখরে
সগোলশেন অমা লাকলি অদুবু
চহি কুমজা চুপ্পা অমা
নোং মরিক অমা তাদবনা
মালেম লৈকোয় পুম্বদা
শমনা মফৈ অমা হাঙদনা
লৈক্রক্তা লৈক্রক ফৈনা চৎপা উবগা
করি খল্লিবগে থম্মোয়দা ?
শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা ।

লোক্তাক তোর্ব্বান কোয়না য়েংবদা
য়েল্লাং মকা অমা হৌদ্রবা
লেমলৈ ঙাখা; অমা উদ্রবা
ইমা ইবেনগী ইনজিং ব্রারী তাদ্রবা
ইচিন-ইনাও কয়াগী নৌগী তাম্থা ফংদ্রবা
উথুম খোঞ্জেল, ঙাম্থু থঙ্গোংগী জুবা জুবা
তাদ্রবদা, উদ্রবদা কবি খল্লিবগে ?
শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা ।

লোয়বী চীংলোন্না কোয়শিল্লবা
মৈত্রবাক মালেম লৈময়োন্দা

চহি লিশিং কয়াগী মাঙদগী
যুগ কয়া চুপনা হৌজরকলবা
নোংজু থাদা মৈতৈবু খনজিনবিবা
শারবদা মৈতৈবু উরুম পিবিবা
লামলবদা মৈতৈবু আমৃত য়েনবিবা
উপাল ফারবা, হৈপাল ফারবা হৈনৌ পাম্বী
হিমালয় চীংশাংদগী, ভারত মহাসাগর তোবর্বানদগী
মীনুংশি খঙত্রবা খোজালগী ঈরিক য়াওত্রবা
উতাংবী লিশিং লিশিংনা উপাল খুদিং নপলরবদা
অশংবা উনা অমা উত্রবা
অনৌবা য়েন্নিং অনা হুন্দ্রবা
মালেম লৈময়োনগী হৈনৌ পাম্বীনা
লেপকং কংবসি উরগা
করি খনবগে নথম্মোয়দা ?
শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা ,

খেঙলবা অহিংদা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা
পোদোন, মৈনম অতুগা উচানগী
মমলবা, শুক্রবা, তেঙ্গাল্লিরক্তা
মখ্বাংগী মফিবু চেকশিনঙমদা
ঙা য়োল্লিবী, মরোই য়োল্লিবী, শুনু য়োল্লিবী
মমিং চোৎলবী, ময়া য়াওত্রবী, মনা তাখিরবী
মৈতৈ ইমা ইবেল কয়াগী মাঙদা
শেঙ্গাও পায়বা মহাজনশিংগী
খাওজাও পায়বা মীওই কয়ানা

ফা চবং চবং চারহৃনা
পৈশা থরদং মরক্তা ওইজহৌনবা
মথুং হাইরহৃনা, মমিং শুকতোক্লহৃনা
উপাই লৈত্রবী হন্নুবীশিংদগী
থরদং ওইজবা ফংনবা
লাওহং চৈহংগহৃনা পোং তিকলিবা উরগা
নপুকনিংদা তাশোম্মা থিন্দবরা ?
শৈরেং ইউ শৈরেংবা ।

মৈতৈবু পোকপা পাখংবা
মৈতৈগী য়ুম্বুরেল সনামহি
লৈশেম্বা-য়ুমশেম্বা অনিবু কাওথোকতুনা
মরি ইথোক থোক্লদবা
লেমনা নোংমা পোথারখো
চাক চরা অমত্তং চারখো
হায়বিরররোইত্রবা লমদম কয়াদা চংলহৃনা
লৈজবা মরলমথৈ পুথোক্লহৃনা
নমথী-হানৈরবা, অপূম-অশানা নওলবা তুরেলগী ঈশিংদা
ঈরুপলহৃনা লানথ্রবা মপা-মপু, মরা-মতু
মথোয়গী আত্মাদা তর্পন কংলুরিবা
মরি লৈনদনা পিরাং শিম্থরুরিবা
ইপা-ইপু, ইমা-ইবেল
লৈশেম্বা, য়ুমশেম্বা অনিবুদি কাওথোক্লবা
কয়াগী পুন্সী উরগা
করি থল্লিবগে শৈরেংবা ?
শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা ।

লাইথোকহনবা অঙ্ক—
মতম কুইনগী মমাংদা
কনাগুম্বী অমনা হায়খি ঐঙোন্দা
—চাওরবা লাইথোকহনবা অঙ্ক অমা
য়েনথোক-য়েনশিন, খাইদোক খাইজিন
তিনথোক-তিনশিন, ককথোক-ককশিন
পরেং কয়া, লমাই কয়া
হোৎলবা তুংদা মতুগী ফললা
গুপ্পগী অমথক তারক্লবদি, চুম্বগুম
নং ঐগী মুংশিনবসু
মীনোক কয়া, পরেং কয়া
থৌদোক কয়া, পিরাং কয়া
অতুবু পনথুংলমদাইদা নদোম, ইদোম
তাহৌগত্রা থম্মোয়দা চিংনজৈ ঐদি
হায়খি নোংমা ঐঙোন্দা
কনাগুম্বী অমনা মথম্মোয় শোক্লা
থেঙলবা অহিংগী থাবল্লক্তা
মখোয়গী থোঙ্গালগী তাইরেন মখোঙদা ।
নৌহৌনবনি ঙসি ঐগী থম্মোয়সে
নীংশিংলুরগা মাগী ব্রাহৈশিংদো
ব্রাহৈশিংদো মুংশিত্তা তিল্লরি ঐগী অকোইবদা
মুংশিতুনা য়্যৈররি স্বর ওইনা
হন্না হন্না ঐগী থম্মোয়দা
নীংঙমহৌদ্রবা ঐগী ব্রারী তারগা
করিগী মায়থোঙ লুকথরিবনো ?
শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা ।

পজেং ফিরাল থেৎলগনি

য়াইতোং থমদোং ফমলগনি

কার তোংলগনি, ফিরাল থেৎলগনি

হেলোইনা পুরবা মীওইগুম

লৈজবা মরল, পুশিল্লুবা মীরল

মশিং লাকঙমদ মাঙখ্রবা

মায়থীরবা নেতা অমনা

মকোই মরাং ইচোম চোম

শেগাইরবা ফিজোল শেৎলদুনা

শরক-লমজাওদা, মীয়াম মমাঙদা

মচান্নুপী অনিগী মমাঙদা

মায়থীরবা, ঙাওরবা নিংথৌ লীয়রগুম চৎলিবা

উরগা করিদি থনবগে ?

শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা।

মরৈবাকপু মীথা পোন্দনবগীদমক

ঙমজবা শক্তি পুথোকুনা লানথেংলম্বা

জেনরেল থঙাল, যুবরাজ টিকেন্দ্রজীৎ

ভমথীরবী মহারানী ভীক্টোরিয়ানা

মথোয়নিগী ফাঁসিগী য়াথং পীরকপা কান্দা

য়াথংগী পুংজা অহুগা ফাঁসিগী পুংজা

পুংজা অনিগী মরক্তু অথৌবা অনিনা

করি থনখিবা ?

কপখিবরা নত্রগা নোকখিবরা ?

শাওখিবরা নত্রগা পেনখিবরা ?

অসিদা নত্তে শৈরেংবা
লৈবাক অসিদা, জগৎ অসিদা খোকলিবা
ফজবা, মুংঙাইবা থোদোক কয়া
অথীবা অকিবা য়ারী কয়া
ঊ্রবদা, তাবদা তুঙ্গুংলবা
য়েংউ শৈরেংবা অতুগা তাও
বীচারপতিগী অরোইবা য়াথং ঙাইবগুম বন্দীশিংনা
থৌজাল ঙাইবগুম ঈশ্বরগী, কুম লাইনাগী অরোইবা মুংশাস্বরনা
লম্বেল মাঙখ্রবা, চময়রবা যাত্রিক ঐনা
নোংথি নোংমংলবা, শুক্রবা অহিং অসিদা
খৌরাংনা ঙাইজরি তাজগে অতুগা পাজগে হায়না
নহাকী সনাগী ময়েককুম মুৎলরোইদবা
শৈরেংগী শৈরেং পরেংশিংদো
মরিচিকা থিবগুম মরুভূমিয়াইদা
তাজগে অতুগা পাজগে হায়না
শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা
শৈরেং ইয়ু শৈরেংবা ।

# হৌজিক করি তৌগনি

হংলগন্নুকো

ঙসিদি হংলগনু রাহং অমত্তা ঐঙোন্দা
মুশিন মুবা চীংশাং, শংবানবা লৌবুক
থেঙ্ক খোয়না চেল্লিবা তুরেন অমস্তুং লম্বেল
নখোয় ঙসিদি হংলগনু রাহং অমত্তা ঐঙোন্দা
শজিবু কালেন,
নিংথৌকাবা, থাংজ অহুগা পুংজাশা
মিকুপ থরতা তুমিন লৈখোনে নখোয়বো
করিনো খুমগদবা ঐনা ঙসি নখোয়দা পাওথুম !

কিস্বরকপা অতিয়ানা কোকথক্তা নল্লে
মশিং খিঙমদা থবানমিচাক্লা থম্মোয়দা পাল্লে
মুশিন মুরে পুন্সিমাগী থাজ, মঙাল থোক্ত্রে
কালেনগী শারবা মুমিং উনগী মতুম ওনখ্রে ।

লংজা, কাক
হুই, লমহুই কয়া কয়ানা
হামেং, য়াও অহুগা মন, ইরোইগী অশিবা মশা
হুনদোকফমহুদা চাহৌরে মচেং মচেং শেংলহুনা
ভগং ভগং ভেকপা শাবী শানৌশিংগী নৌরবা ভোংশা,
শেং শেংতুনা চাহৌরে অপুম-অশায়ক্তুদা

হংলগন্নুকো

ওসিদি হংলগন্নু য়াহং অমত্তা ঐঙোন্দা।

চুম্নীনে, চুম্নী

লাকপনিনে ঐস্নু লীলাসে য়াওরগে হায়না

হায়য়ু লীলাপাবা, নহাক অমুক্তা হায়য়ু

ঐহাকপু করি শাও হায়রিবনো ?

গধাগুম

ওককুম

কোবী তিনগুম

নাপী-শিংনা, লৈখোম-লৈনাং

লৈয়ু য়হারিবরা, অকংবা খরা চারগা

তিনখোককুম— তুমিন্না বনথী বনয়ুংলক্তা

তুমহনা লৈয়ুরা, অংহি মুংথিল চুপা ?

নত্রগা

কৈ, নোংশা

মীন্নুংশি য়াওদনা শাহিং-ভাহিং চাবা

হায়য়ু লীলাপাবা, নহাক অমুক্তা হায়য়ু

ঐহাকপু করি শাও হায়রিবনো ?

অরাবনি

অরেম্বদা লিনশী জগোয় য়েংনা য়েংনা

মুমিৎসে অস্নুম তাশিল্লকদোরে

ভৌগাদোবা ঐগী ইথৌদি ভৌহৌজ্রে

অরেম্বদ শিনগী জগোয় য়েংনা য়েংনা

ঐগী ইথৌ অমত্তা ভৌহৌদনা

ভাগ্রে — হায়না হায়না মুমিংসে

ভৌকম খঙজ্রে, হনকম খঙজ্রে

হৌজিক করি ভৌগনি ?

করি ভৌগনি হৌজিক ?

# ব্লারৌগনুকো ইমা

অরেম্বা আশানি
থম্মোয় অসে কায়ননবা
থল্লরোই থল্লি অতুবু থন্দবা ওমদে
কমল্বা, মল্লবা ব্লাথলনি কাম্নদনা থম্নিবা
হৌরকলি
অতুগা হৌখিগদৌরি পুন্সীসে
নীংখায়রবা তুরেনগী লৈরাইনা
ঈচেন্দা তিনখিবগুম লৈখোমলক্কসু তিনওমদা
শুপ্নগী ঈশিংতবু নৈহনবগুম
মোৎহনগদৌরি লৈমাইপুম্বা ঐগী ইমা লৈবাকী
কাম্নদ্রবা
ঐগী ওইথোক্লরোইদ্রবা মঙলান কয়ানা ।

মুংশিরুবনি ইমা
নংবু তোম্নবগী থম্মোয়সিনা শেংনা
চিংশিনজরুবনি স্বর থুদিংদা নংগী মিংথৈবু শোন্দুনা
বরাক, নম্বুল
অতুগা ইন্ফাল তুরেনগী
ঈংলবা, শেংলবা লাইজ থুম্লোক থুজোরা
লৈকংলাথক্তা নেৎলিবা
নংগী নৌদ নখোং অনিদা

লৎপা লৈত্তনা থিকখজগে নীংজরুবনি
নোংদোল খেৎনা রাংলবা
মুংশাগী মৈশানা চাকথেরুবা
খোৎনা নৌরবা শংবানরবা অহুবু থুইরবা
বসন্ত কয়া কয়া নৌর-রেরিং হুত্ররবা
কৌত্র, শীরোই
নোংমাইজিং, থাংজিং
অসিত নত্ত চীংদোন লিশিং লিশিং
ইণ্ডাগী চোইজাইনর । নোংনা মিকুপ খুদিং
নিকুপ কাংদা চাইথজগে খঙবনি ।

শুরুবা
শা-কৈনা থলবা উমং-রামংশিংদা
রাওথাংনরবা লৈচিলগী চাদর মরুমদগী
মেরা থাগী লুপা মচুগী থাবল মঙাল
অহুগা
কাইরেন থাগী সনা মাল্ল মুমিংকী মশেক
লৎপা লৈত্তনা ঙালহনগে হোৎনজবনি
অহিং অহুগা মুংথিল পুম্বদা ।
অহুবু ইমা
নরাইবক থীবীনি নংদি
লৈরমলোই ভাইবংদা নংমুক নরাইবক থীরবী
নংনা নরাইবক থীরুবদগী
পোকলমদবনা করবা য়মলবা ঐবু
নংগী নচা ওইনা পোকলবসিনি ।

ঙসি

মক্ৰমসিদা ওম্ভোক্লা লাপলবা
ইমা নংগী মায়থোং উঙমদা
নংনা কৌবা খোঞ্জেল ভাওমদা
শাদানবনা লানগোয়নৱবা শজিঙম
লেল্লিনে নচানা অৱোইবা স্বৱতং ঙাইহ্ননা
ৱারৌগন্নকো ইমা
লাইবক থীবী ইমা, ৱারৌগন্নকো।

# তোর্বানগী খুনু য়েংনা য়েংনা

ওম্থোক্লা কুইরে কৌবসে
কৌবদা ইশাসি চোকথরে
চংউরম্নু অমুক মরক্তুদা
মরক্তুদা মপুক্সী মশক খঙদবা মীশিংতুগী
মশাম্নু ফাদোক, মথম্মোয়ম্নু ফাদোক
মীশিংতুগী মরক্তা পুক্সী চুপ্পা মিয়াৎ তারবা
চংউরম্নু খিৎ, চংউরম্নু নং ।

রাজনিতিগী
শেনয়াম তানবগী অমদি
লৈত-লাইরগী মৈরীনা চাকথেক্লবা
অমনা ঙাংবম্নু অমনা তাদবা
মীনা কপ্পগীম্নু য়াবিবা হৈতবা
মরক্তুদা মপুক্সী মশক খঙদবা মীশিংতুগী
চংউরম্নু খিৎ, চংউরম্নু নং ।

লাও
লোয়ননা চৎমিন্নসি ঐহাক্না
ফমলুসি মিকুপ থরদং তোর্ব্বানগী য়ুবী মখোঙদা
থকলুসি য়ু পেম্না হোলেন্দগী তুংশিনবা কুইরবা
চারুসি য়েঙ্খাং শাগী, ঙাগী, ওইনমলবা
হৌথিসন্নু মীকুপ কয়া মফমন্থদা

হৌখ্রবত্নু পেনগনি পুন্সী চুম্না মকমহুন্দা
ঈংলবা থম্মোয় হুবা চেক্লাশিংগী
অহিং মুংথিল লেপ্ত শৈশকলিবা
ঈরোইরুসি স্নুরগী ঈপোমলকুন্দা
নীংতম্নবা নেশাগী অরোইবা তোর্ব্বান য়ৌনবা।
ডাইরুনু তেকসি, ডাইরুনু য়ীকশা
লাক্কবনি থক ডাইরবদি থওইনা
ডাইরুনু লাক্কবনি ডাইরবদি থওইনা
স্নুম চৎলসি খোঙনা
য়ারী শান্নহুনা ইবানি
নীংথিরবা সমুদ্রগী মুমিদাংয়াইরমগী তোর্ব্বানথকসিদা
থুমুশিংসে য়েংউ
অঙৌবা, অমুবা, লৈচেৎ মচুগী
চাক্তারিবা, ঐখোয়না চৎকদবা লম্নেলসিদা
লোয়প্রবরা চনাহুবো নংগী চেগোন্দা য়াওবদো ?
চাইখোকউ মন্না থন্নদং য়েংসি লান্নবদো মখোয়না
চুরুপ থক্কে হায়বা ?
য়াওরি, য়াওরি, সে চম্মু
থক্কে ঐদি হোয়েন কোন্না
থুমুশিংদো য়েংনা য়েংনা
লাক লাক্কুনা চনা চাবদো
নংনা চাইখোকপদা তোর্ব্বাংগী লৈঙোইথকসিদা
থুমুশিংদা
অঙৌবা, অমুবা, লৈচেৎ মচুগী।

# তপ্না তপ্না

মহিকমুক্তা পিকপা মরূদগী
হৌরকই খোংনাং পাম্বী কয়া কয়া
অত্তুগা চাওরকই উজাও ওইনা তপ্না তপ্না
অমস্তুং শিখি লেপকং কংতুনা তপ্না তপ্না।
ঈশিংগী ঈরিক কয়া কয়ানা
পুনশিল্লগা ওইরকই তপ্না তপ্না মহাসাগর
অত্তুগা চুপশিনখি ঈরিক পুম্বা তপ্না তপ্না পৃথিবীমুংদা
ওইহৌই মহাসাগর তপ্না তপ্না মরুভূমি।
পিকথ্রবা ঈ মতুমদগী ওইরকই তপ্না তপ্না মীওইবা
পোকলকই, চাওরকই, অহল ওইরকই
অত্তুগা শিখি তপ্না তপ্না মীওইবা।
ঐগী ইমালৈবাক !
ইপাগীস্তু, ইমাগীস্তু, ঐগীস্তু
পোল্লফম লমদম-ও, লাইবক থীরবী
মাঙখিগদৌরিবরা নংস্তু নোংমা তপ্না তপ্না
লেপতনা শন্দোরকলিবা লাইনাশিংসিগী
মশিং থিঙমদনা য়ামখৎলক্লিবা
মহিক ময়ামসিনা
নথম্মোয়গী ঈ চুপ্তুনা
তোংশা পুম্বা চাথোক্তুনা শিগদৌরিব্রা ?
ঐগী ইমালৈবাক।
শিগদৌরিব্রা নংস্তু নোংমা তপ্না তপ্না ?

# উরক নারকসিদা

ঐদি খঙদে চংলিবসি করিগীনো মফমসিদা ঐনা
শংলবা, শুক্রুবা উরক, লৈচিলনা পুময়োম য়োমলি
অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং খায়দা
মরক মরক্তা লাপ্পা লন্না
নীওন বলবশিংনা ঙাল্লি তন্না তন্না
লৈচিন্না ইয়োম য়োমশিন্না ।

খুদাং ঘড়িনা তাকলি পুংজা
অমা, অনি, তরা, তরানিথোই, অমা
মঙা, নিপান, মাপন, তরামাথোই, অনি
অহুবু করি করিগুম্বদা হেক হেক কাওই
অহিংগী পুংজারা ?
নুংথিনগী পুংজারা ?
করিগুম্বদা কাওই — অহিংগীরা ? নুংথিলগীরা ?
অমুকসু
লমহুই, কৈ, নোংশানা খোংঙকই
শম চপ চপ হেক য়ুংই
পুমলুপ লুপ্পী হকচাং হুমাংদা
করি করিগুম্বদা শোংলবা নারক উরকসিদা
ঐগী লম্বী মাঙখি লৈচিল নোংফাইরক্তা
হায়নিংঙাই লৈতনা পাখংলি
মিং, না চেজেং উইশিল্লি ।

করিগুম্বদা
জীপ, কার, ত্রকনচিংবা
ঙংডুনা ঙংডুনা থৌখি
মখুং হাইরবুনা লাওরম্মী ঐঙোন্দা
খাম্মম্বদি তৌদে কনামস্থু গাড়ি
উরক্কা, লৈচিল্লক্কা অতুম চংখি
অচিকপদা
কনাগুম্বী অমস্থু মদোম চংলি
হেলোই হায়বতুরা !
পাখংলি !
চংশিন্দুনা রারি শারুই
মাগীস্থু কনা য়াওদ্রবা
ঐগীস্থু কনা য়াওদ্রবা
অরা নুংঙাই পোথোকনৈ ঙাইহাক
মোমোন হরাওনা নোকমিন্নৈ পুন্না
মহাক্কা -- ঐগী নুপীগুম
ঐহাক্কা — মাগী নুপাগুম ।

হৌজিক্তি
শা কৈনা খোংবতুস্থু তাখিদ্রে
জীপ, কার অমত্তনা মফমসিদা লাকখিদরে
অতুগা
চংমিন্নরম্বী মহাক্কু স্থু লৈহৌরে
মাগী থোঙ্গাল য়ৌরমালে

তন্না ঙাল্লম্বা বলব; অমত্তা হৌজিক উথিদ্রে।

ফরে
মাঙদা উরিবা য়ুম অসিদা
চংহুনা ঙাইহাক্কুং পোথারগে
কনা কনাবু লৈরমগবা ?
ঐবু খঙবিবা য়াওরমগদ্রা ?
ঐবু তরাম্না কৌরক্কদ্রা ?
অহুমঙাইরে
চংবদি চংলগে ঐহাক
মাঙদা উরিবা য়ুম অসিদা
ঙাইহাক্কুং পল্লুনবা।

# উজরুবা খরা

পাথী কোমথীদা মবুক তংখাই অমা
লৈনাংনা ইতৈ তৈরন্থনা
গর্ভ পুরবী, থা শুরবী ষষ্ঠী অমা
শক্তিক চারি ।
অমাংশঙ অমনবা অমগী অমাংবা মরক্তা
মমৈ শাংলবা, মতু চোমলবা
হন চানিপান মরিফূতরামাপনথক
অরোইবা অমাংবা মচেৎ অমথক্তু চাগদবগী
মতু তৎপমখৈ, মমৈ কেনবমখৈ
চৈনরি, খৎনরি, লাক্লরি
অমাংশঙ অমনবন্থদা
হন চানিপান মরিফূতরামাপনমক ।
চাখুমগী ডারিবান্দা; মপান্দগী লাকপা ভুকান্দার অমগী
ভুকান্দারন্থগী মতুগী, মচাগী অন্থগা মীনাইশিংগী
অরেম্বা লুখাকশিংন্থু খোমজিন্দুনা হরাওনা চারি
খোঙ্গ্রাই নীক্লন্থনা মোমোন মোমোন নোক্লন্থনা
মধুবাবু অঙাওবা
মতম্মদা লৈবাকী বরমন্ত্রী ওইরম্বা ।

# নত্রে মফমসে

নংত্তি নত্রে, মফমসে
মফমদো, ঐনা লৈগে খনখিবা।
হোন্নিংবা নত্তে স্বর ওইনা
ঐগী নাতোন্না, মফমসিগী নুংশিৎ অসিবু
চানিংবা নত্তে চিঙ্গাক ওইনা
মহৈ মরোংশিংসে মফমসিগী ঐগী থৱাই হিংনবা
য়েংনিংদে, তানিংদে ঐহাক্না
দৃশ্যশিংসে, খোঙ্গেলশিংসে, মফমসিগী।
হায়খিবদো নীংশিংলি অহল অমনা
মতম কুইনগী মমাঙদা ঐঙোন্দা
— লেঙদে মফমসিদা নুংশিৎ শিৎপদা উনা
চোংতে খুজেং য়ৌনা ঈচাও থাগী লম্বেলদা
কদাইনিবু হায়সিগে স্বর্গ
মফমসিবু নত্তন তাইবংদ —
অত্থবু কদাইনো ঐগী মিৎনা উরিবা ?
ঐগী নাকোংনা তারিবা ?
অত্থগা থম্মোয়দা ফাওরিবা ঐগী ?
লৈখোক্তা পাল্লিবা লৈরাং গুলাপ্পুদি
খোইদাবী নুজা নাপ্পদা চিল্লিবা
নাতোনচাবীনা হেন্না ফজবগুম
য়েক্লবা মাইরোং লানয়াইদা
অথৌবশিংগী পাঙ্গল কনখৎলকপগুম
পামজরুবা খোইদারুবা কনান।

ফোংদোরকপা ওইরিব্রা মথম্মোয়গী অপাম্বা
নংতি নত্রে মফমসে
মফমদো ঐনা লৈগে খনখিবা ।
ফোরেন কারদি তোংনিংই ঐস্মু
অদুবু ফৌরেন ফৌদি মাংহন্নিংদে ঐগী
মোভী ফিল্মগী মফি কোম্বী মুপী
য়েংবা মুংঙাই অদুনা য়েংনিংই
অদুবু ঐহাক্কীদুদি কোমহন্নিংদে মীয়ামমাংদা
য়েংউনে নংসু, খল্লুনে নথম্মোয়দা
মশিং লাকওমদ্রবা অতিয়াগী থরাম্মিচাকলক্কা
নংগী অমত্তং য়াওরিবরা ?
থম্মোয়শোকনা ভাংজবা নংগী রাহৈদা
কনানা মীমুংশি উৎপিবগে অদুগা
পাক চাওরবা পৃথিবীগী লৈয়েক মেপ্তা
নংগী লৈফম ইবগে কৈদা ?
কনাননো সিবো ?
মখোয়নরা নত্রগা নংনরা ?
নত্রগনা ঐনরা ?
খঙঙেনে ঐস্মু, তারেনে রারিদো
অরোনবা পৈশানফমগী কারখানাদা
শু-নোম্বগী মন্ত্রীনা লুপা লাক্ক কুম্ব্রাগী
গ্রাণ্ট পিগনি থাংগৎলকপা রাফমদো
শেন-থুমগী মন্ত্রীনা য়ারে হায়বা রারিদো
তারেনে ঐস্মু খঙঙেনে ভম্মা ।

নোরোক হায়বদো তশেংবমক নোরোকনি
মখরাজ নিংথৌ পালহৌদ্রে নোরোক্তা
অদুবু অঙকপনি লৈবাক অদো
মুপা অদুনা প্রাইম মিনিস্তর ওইহৌই
লৈঙাকলোন্না মাগী মুপীনা পায়হৌই
অপঙবা অমদি খঙজদবা মীওই থীর থীরগা
সরকারগী অরুবা অমদি অচোবা থবক পায়হল্লোই
ইঞ্জিনিয়রনা হিদাক কাপহৌই
ওঝানা বীড়ী নীদুনা থকহৌই
সেক্সপিয়র, কালিদাস, চাউবা, কমল
মফমদুগী উখোঙ ব্রাখোঙশিংদা
মচেৎ মচেৎ ঙারি, কা য়োমনহৌই
লৈবাক্তুগী নোংপোক-নোংচুপ, খা-ব্রাং
পোৎ চৈগী মমল অমত্তা মান্নহোদে
মদুদা কনা অমত্তনা রা ঙাঙহোদে
লৈরিবা মীওইশিং অদুসু
অমগা অমগা মরোল তিন্নদমালে
নোরোক হায়বদো তশেংবমক নোরোকনি ।
হায়জরোই চৈগুবু নিজরোই ছাটিন
নাল্লবসু, চোংলবসু হক্চাং লুপ্না
অদুবু ইমা পিনবিয়ু অচম্বা মৈরা অমত্তং
থেঙনা মমলবা অহিংসিদা
নংগী মায়থোঙতবু উজঙমনবা ।

# ঐগী মৈত্রবাক

মশক মতৌদা হেল্লবা
মীকৌ মীরম ফজরবা
অচান মীরাই নাইদ্রবা
মৈত্রবাক্কী মীওইনি।

কলা বীদ্যা খঙলবী
লমচৎ ব্যবহার ফজরবী
শক্ত চুদা চংখোল্লবী
মৈত্রবাক্কী নুপীনি।

চাথোক ফৌথোক য়াম্লবা
মরেক মহাও কারবা
পৃথিবী পুম্বনা তান্নরবা
মৈত্রবাক্কী ফৌনি।

ফেক্তরী কয়া চল্লাইরবা
য়ুমথোং খুদিং ঙালহল্লবা
অহিংবু নুংথিন ওলহল্লবা
মৈত্রবাক্কী মৈনি।

অরা অনা লৈত্রবা
অহোং অচাওনা থল্লবা
য়েংলিবা মথৈ পেন্দ্রবা
মৈত্রবাক্কী কৈথেননি।

মরাং কায়না নোং চুরবা
মরাং কায়না নুংশা শারবা
মরাং কায়না নুংশিৎ শিৎলবা
মৈত্রবাক্কী লৈমাইনি।

মশাগী ওইজবা কৎথোকলবা
নীতি নিয়মা পুল্লবা
চোংথোক চোংশিন তৌত্রবা
মৈত্রবাক্কী নেতানি !

ইতিহাস লামায় ফাকপদা
তাইবং শীন্না থীবদা
লাম্বা অমা লৈত্রবা
ঐগী মৈত্রবাক্নি ।

ঐগী মৈত্রবাক
চীংনা কোয়না পানশাবা
লোক্তাক্না মীংশেল ওইরবা
হী-য়াই খিবিক্না থল্লবা
মোইরাং থোইবীগী পোক্নফম
জগোয় রাসকী হৌনফম
জাতি কয়াগী তুংনফম
নংমুক লাইবক ফবিবু
লমদম কৈদমুক লৈরিগবা !

# লানথোকখিনবা মফমসি

চৎলগে ঐ মফমসিদগী লাপ্না, কৈদনো মফম অমদা
মরুভূমিদগী হেন্না শারেনে লৈমায়সে
খোঙয়াশিংসে ঐগী পোকথোক্লে ওন্না
অছুবু লেপ্পদি লেপনিংদে চৎপসি
য়াম্না থুনা লানথোকখিনবা মফমসি।

খোঙ্গুল কয়া তারি মীয়াম্না চৎনখিবগী
মখোয় কদাই কদাই য়ৌখিবা
মছুদি খঙদ্রে
করি করি থবক্কী চৎনখিবনো
মছুসু খঙদ্রে ঐ।

থেঙলবা অহিংগী শুক্লবা অচিকপা থুগাইছুনা
মুৎশি মুৎশিবা থাওমৈ অমত্তং থাম্লছুনা
লাক্লিবা যণগাড়িসি কৈদগীনো ?
অছুগা মহাক কদায় য়ৌগদৌরিবা ?
ঐ খঙদে।

তারি ঐগী নাকোংদা
চোকথরবা যণশিংগী খোঙথাংগা চান্ননা
খিঙলিবা পুকনিং হুরবা শরিক মখোল
য়াঙ্গংলবী মবুক হাপলবী তুরেল অসিনা
কৈদগী লাক্লিবা অছুগা কদায় য়ৌরিগবা ?
মোং হাত্রবী তুরেলগী মায়োকতা
হোনগৎলকলিবা হিনাওসিনা কৈদগী লাকলিবা ?

---

মখোয়গী পন্থুংনা কৈদনো ?
য়ৌগদৌরিবা জাৎলা তুরেনগী হৌরকফমদো ?
কৈদৌবনো মখোয়না চৎলিবসিনা ?

ঙক্কবা ঙমদে ঐ থোরক্লবদি মখল মখল উই
অত্থুগা কৈদনো ঐনা চৎলিবসিনা ?
ঙক্কবা ঙমদে ঐ শুক্লবা লম্বেলসিগী ময়ায়সিদা
ঙক্কবা ঙমদে, ঙক্কবা ঙমদে
কৈদনো ঐগী পন্থুংফমবো ?
পন্থুংফমত্থুবু ঐহাক্না য়ৌরকখিগদ্রা ?
মফমত্থু য়ৌরগনা কৈদৌবা ?
কনা কনা উনরগবা মফমত্থুদা ?
মখোয়গা উনরগনা কৈদৌবা ?
উনদ্রগনা ঐনা কমদৌবা ?
অত্থুবু লেপ্পদি লেপনিংদে চৎপসি
য়াম্না থুনা নফমসি লানথোকখিনবা ।
তারকলে ঐনা ইপা ইপুশিংগী
অকি তুজুংলবা ৱারিদো শাফা লানফাবগী
উরকলে ঐনা মুঙদা হকপা ইবেমপোক্কী শক্লোন্দো
পম্বৌগী পুখ্রি তোবর্বান্দা, কাওনাইদনা লাৎহৌৰদো
তারক্লে ঐনা অহৈবা অশৈবনা লীবদো
মোইরাং কংলৈরোলগী ৱারি কয়া
মৈত্রবাক্কী নিংথৌরোনগী পুন্সি কয়া
য়েংঙকলে, উরক্লে, তারক্লে
চৎপসিদি লেপনিংদে ঐ মিকুপ অমা
য়াম্না থুনা মফমসি লানথোকখিনবা

য়োরকখিগদ্রা ঐগী পন্থ্ংফমথুবো ?
য়োরগনা কৈদৌবা মক্ষমথুদা ?
খঙনবা কনাবু য়াওরমগদগে ?
পন্থ্ংফমথু য়োদ্রগনা কৈদৌবা
অথুবু চংপসিদি লেপনিংদে মিকুপ অমা
য়াম্না থুনা মফমসি লানথোকখিনবা
চংপসিদি লেপনিংদে মিকুপ অমা ।

# কংলৈচা

মৈতৈ লৈমনা পোকচবা
লাইবক থীরবা কংলৈচা
ৱারিনিদকো পাখং নহাকতি
হোৎনবদা ইমাগী সেৰা তৌনবা ।

নোংজ্ নুংশা খাইদনা
অহিং নুংথিল নাইদনা
তিংখং তিংলাং মরক্তা
তিনফা কাকফৈ মরক্তা
চীংনুং মান্নুং চৎতুনা
অৱা মৈশা খাঙলিবা
চরা নোংখম তাল্লিবা
য়েক্ল মাইরোং য়ারিবা
লাইবক থীরবা কংলৈচা
ৱারিনিদকো পাখং নহাকতি
হোৎনবদা ইমাগী সেবা তৌনবা ।

করাম চাওরবা তায়বংদা
মীহৌ চাওরবা জগৎতা
য়েক্ল লাংনদি লাংগোয় চন
নরুপ নপিজা অমা য়াওজদা
নদোম নুংশুক নুংজাননা
শাদানবা ময়াম্না কোয়রবা
তুশোল্ল শজি মচাগুম
নমিং ননাদি তথক তথক

নুংশা স্বরদি খবেৎ খবেৎ
চেনফম খঙদনা লৈরিগদ্রা ?
হোৎনবদা ইমাগী সেবা তৌনবা।

তাবরা কংলৈচা ইমানা কৌরিনে ?
চেল্লকউ য়েক্লবা লাংদগী
মিকুপ অমত্তং ওইরবস্থু
ইমাগী তম্বাক্তা ফমলরাও
খোমলাং আমৃত থকলরাও
ইমানা থোংবা তরা চাক
চাররাও নপুক পেন্না
শিদয়াই নাদয়াইনি খন্দূনা
কুইরেনে কংলৈচা, পাখং চেংলৌ উদবা
হোৎনবদা ইমাগী সেবা তৌনবা।

# পালহৌসন্নু নুংঙাইনা

য়েতুম মতোন্দা সর্জনগী সীরিঞ্জগী
নপুনা থোরকপা মহিকনি ঐ
কুমলাইনা অমগী ঈ থাংদ্রবা হকচাংদগী
অসিহৈবোং অমগী
মপাল শাংথৈদগী লৈহি চুপ্পুনা থাওঙকই
ঙসিনা হিংলি
তুমিং অসিগী থম্মোয় ময়োলসিদা।
কৃষ্ণ, খ্রাইষ্ট— নত্তে ঐদি তাইবংবু লানবিবা লাকপা
গান্ধী, কেনেডী— নত্তে লুচিংবা লাকপা প্রজাশিংবু
মহিকনি ঐদি — কোলেরা, কেন্সর, টি-বিগী
মথৌ, মরল অহুগা মশাবু মশক খঙজদবা
পুন্সী কয়া হাংতোকখ্রে, কয়ামসু হাংখিনি
স্বর্গগী লৈকোলগুম নীংথিজরম্বা
কুমচুপ্পা বসন্তদা ওইরম্বা
পৃথিবীদো — কদায় ঙসিদি !
ফত্তবা থোপশিংগী ফত্তবা কলপনা
অমোংপা থবোম্বীগী অমোংপা স্বর
কৈনা-কৈ, মোংশানা-নোংশা চাবগুম
মীনা-মীবু চারবা
অসিরা পুনশিনবা পাম্বা মীওইবা নখোয়গী হৌনশা ?
অসিরা !

মীবু মশক খঙদবা মী নখোয়, মী নত্তে
অহুক ফত্তবা ! অহুক তমথীবা !

প্রল্লয়গী মৈরিরক্তগী

নখোয়গী থম্মোয়দা ঐনা চংবা, অরুবা নত্তে
চংগনি, শারবা নখোয়গী ঈ চুপকনি
অসি হৈবোং অসিতংনা হৈমুন ফাত্নুনা চেকখাইরকপদা
ভৈরবীগী শকলোন চামা চামা লৌত্নুনা ঐ
নখোয়গী ঈ থক্কনি, কনানা কনগনি নখোয়বু ?
ঐস্নু তুমখিসনু
শাগুম্বা মীওইত্নুগী হকচাংনা চাকপদা
অত্নুগা
পালহৌসনু পৃথিবীসিদা নুংঙাইনা
অরোনবা য়াওদবা অমোৎপা পক্রবা
মীওই খরতা ঐনা হেনজিল্লুবা ঙমদ্রবা
মীওই খরতা পালহৌসনু
পালহৌসনু নুংঙাইনা।

# মীথীবোং মীতম্বাল অমদা

চংখ্রো চংলু মীথীবোং, লাক্কনু নং মফমসিদা
মফমসে নত্রে নংগী লৈফম হৌজিক
করি!
মফমসে পোক্কফম লমদমনি হায়বা নংগী ?
নমা!
মফমসে নমালৈবাকনি হায়বা নংগী ?
ও অয়ম্বা
নংগী ব্রাখল চোইরে
হে মীতম্বাল,
নংসে নহাক ওইদরে
নোরোকনি হৌজিক নমালৈবাকসে নঙোন্দা
নোংমা নংনা খল্লুবা স্বর্গনি হায়না নথম্মোয়দা
ঙাংলগনু ব্রাহৈদো হৌজিক নরৈবাক নুংশিবগী
থুংনবনি নচিনদো লাইথুং ব্যাধীগী
তাহল্লগনু পীরাং লত্রবা গঙ্গাগী ঈফুৎকুম
চাক্কবনি থাও ওইনা চাকথেকলবা ইমাগী থবাকসে
নীংলগনু হন্নমুক কমলবা নংগী থম্মোয়না
মরুভূমি ওইনবনি মফমসে মরুদ্যান য়াওদ্রবা
অয়ম্বা; মীতম্বাল নংগুম্বনা তত্তনা শোল্লগা।

# মিকুপ অমত্তং

ও, অৱাবনি ঐ
অঙকপনি অৱাবনি
চগুংনরবা তাইবংগী থোদাংলক্তা
ঐগী মিংসি পাঙলুদ্রে
মিংসি পাঙলুদ্রে ঐ
থেঙলবা অহিংগী অচিকপদা
য়াম্না মিরবা খোঙ্গেলদা অশিবনা
ইশৈ শকলকই অরাপ্পদগী
ইশৈ শকলকই অশিবনা
টেবল মথক্কী রেডিওদা ।

মিকপনরকপগুম তুমলম্বদগী
তপ্না মিং পাঙথোরকই ঐ
অতুগা কুপ্তুমখৈ য়েংলি
শিখিবা কুইরবী লীলা য়াওবী অমগী
ফক্লাংদা য়াল্লিবা ফোতো অমদা
মিং কুপ্তুমখৈ য়েংলি ।

উম,
মিকুপ অসিতনি
ঐনা কুইনদগী ঙাইরকপা
কুইনদগী ঙাইরকপা মিকুপ অসিত্তং

# লম্বেল

চৎলুরম্ব লম্বেলচুদা নথন্নত
উন্নরোই কনাস্থ নৈরমলরোই ।

করিগী হংলিবনো লম্বেলদো অসিন্না হায়না
ফনা তোয়না চংখ্রবদাই নহাকপু সিদা
মান্নিনে মান্নি লম্বেলচুবুদি মসিনি, অদুবু
করি কান্নগদগে য়োরুচুনা পম্বুংচুদা হৌজিকপু ।

নরুপ নপাং নহাক্কী শান্নরোই থিবিকতো
চংখ্রে ওম্না মফমদু থাদোক্লুনা নীংঙমদা
পাংথোকলম্নগা হনখ্রে মকোকথোংগী শিম্বা
ফংলরোই উবা অমত্তসু নংনা পুন্সীদা ।

করিগী শিম্বরি মিৎলুদা নীঙমদ পিরাং ?
করিগী কপলুনি পুন্সীসে মৈচাক্না ওইরবদা ?
কায়রবা নুংনি থম্মোয়সে নংগী ঐগী
অদুবু কৈদোনি হৌজিক অরোইবা পুংজা লাক্লবদা ?

# মৈতৈ মচা

ফুরুপ ফুরুপ, কাংবু কাংবু
কুক কুক ইন্নৈ
থঙ্গাল বজারদা
পাওনা বজারদা
টেকেন্দ্রজিৎ রোডতা
মৈতৈ মচা ময়াম
অয়ুক
নুংথিল
নুমিদাং
চীক্ল চায়না শুমদবমখৈ
মীকুপমতা খুরক হাংদবমখৈ
পংচত্তা চৎলি কাংলুপ কাংলুপ খুরক হাণ্ডদা
মৈতৈ মচা।

মৈতৈ মচা
লাইরিক তমলিব্রা ?
তমদে।
থবক শুবরা ?
শুদে।
ওফিস কারিব্রা ?
কাদে।
ডুকান ফমলিব্রা ?
ফমদে।

কদায় য়ৌদোইনো ?
সুম চৎপনি ।

কনা উনদোইনো ?
সুম চৎপনি ।
করিগী চৎলিবনো ?
সুম চৎপনি ।

মৈতৈ মচা
পাওখুম চপ মান্নে
থঙ্গাল বজারদা
পাওনা বজারদা
টেকেন্দ্রজিৎ রোডতা
চৎলিবা কুক কুক ইন্না
সুম চৎপনি ।
সুম চৎপনি ।

# লাকত্রেদনা

অহিংসে তুম্বা শুকয়া য়াদে
মিৎ ককলা অমত্তা উইরকত্রি ঙসাইদগী
নোং ঙানগদবস্থ্ ফনা মরাৎলমখিনি
ওন্থোক্না ফরক তারেদকো !
ওন্থোকপা গাড়িনিদা !
ঙাওরব্রা কৈনো ড্রাইভরছুবো !
য়াম্না থুনা লাক্কনি হায়রমলগা
শুকলাক হেক লাকত্রবনি !
শোংলবা উরকসিদা
জীব অমা লৈত্রবা চীংন্নুংসিদা
কৈদনো মানা চৎখ্রিবা
থনমলগা ঐবু মোৎলবা লৌশঙ অসিদা ?
( চুরুপ অমা চম্মী )
পৈশাছুদি য়াওরিদনা
লিশিং অমা, লিশিং অনি
অহুম, মঙা, তরেৎ, তরা, কুন .... .... ... ... ।

অহুভৈ
ঐনা চীংদা ওঝা ওইবছু নীংশিংঙকই
চাবনা —
পান, মাইরেন, চুজাক, চাকঙাং
তলবনা —
থাদা লুপা মরিফুতরানিপান ।

জোশীলা !
জোশীলা, মাদি লৈরমলরোই য়ুমতুদ।
লৌশঙহুদি —!
মতুস্থ লৈরমগনি থাজদ্রে
ওন্থোক্লা পাখৎনা হকচাং তনিক তনিক
হুমাং অনপ্পা কাংলতুনা, মাস্থ ঐস্থ অহিং কয়া
লৌশঙহুদা !
নীংশিংলুরগা কয়াদা খাঙঙমখিদ্রবা !

ওন্থোকপা অহলনি
মন্দির কৎকনি, বৃন্দাবন্দা ইংখোল লৈগনি
কয়া য়ামখ্রবা পৈশানো পুখ্রিবা
অতুবু করম্না থিংলুগনি ?
লন পুন্নমক্তু মানা তাঞ্জবা ডাক্তনি
ঐস্থ মানা পোকপিরম্বনি
মা লৈরমদ্রবদি —ঐস্থ অতুগা লনস্থ ।

কো-ওপরেটিব সোসাইতিনি হায়তুনা
ঐনা কৈদা য়াওশিল্লুরিবা ?
হুইগী মচা, ওক্বী মচা মেম্বরশিংতুনা
ঙম্না শেনশিংদো মাঙহনখ্রেদো
হৌজিক করি তৌগনি ?
ওন্থোক্লা মাথা য়াওনখিদ্রে
সিননিনে ভোৎ খোম্বদা হুইগুম
তুরু তুরু— লুখাক খয়া থাবিম্নগা কৌনরিবসে :

করি !

নহানগী ব্লারিতুবো ?

ইঞ্জিনিয়রতুগা থিকাদারতুগা মান্নরগা

থোংজাওতু, নিংথৌ তুরেন্দা শারম্বা

লুপা লাক্ষ কয়া কয়া চংনা

অতুগা —রিপ্যারিং, রিপ্যারিং, রিপ্যারিং

লুপা কয়া কয়া চহি খুদিংগী

রের্কোদ অমত্তা ব্রাৎতনা লৈরম্মী ।

নৌনা লাকপা

অতোপ্পা ইঞ্জিনিয়রতুনা

মরুওইবা থোং ওইরমানে, রিপ্যারিং দরকার লৈগদ্রা

চৎতুনা য়েংলুই, থোং য়েংবা

খংপ্রেক খংই ইঞ্জিনিয়র সাহেব

হুমাং অনপ্পা কাংই, কোকচাওবী কায়

মফমতুদা থোং লৈরমদ্রে

কাওথোক্লুরে —নিংথৌ তুরেনদি অতিয়াদা চেল্লি হায়বা ।

চুরুপ অমা চম্মী গাড়ি মমাই লৈরকই

ওফিসতা— মাগী পি-এ কৌরগা

তেন্দর অমা থোকহল্লি

তু দিসমেণ্টল দ ব্রীজ

রুপিজ—

তু লাক্ষস ফোরতিসেভেন থাওজন্দ

ফাইভ সেভেনতিনাইন এন্দ পৈশা থ্রী

তান চারুবদগী থিকাদার চাউতোন

মণ্ডা অমা, তন্না অমা কান্নজহৌই

সাহেবকী আকাস ৰীলদা।

ঐ সমুদ্র উরুদ্রি
শংত্রিক শংবা মপান নাইদ্রবা
ঈমায়থক্তা জহাজশিংনা চেনবা
উচেক্কী শঙ্গু শঙ্গুশিংনা পুন্না পুন্না চাক্তাবা
ঐ থক উরুদ্রি।
পৃথিবীদা ফাওরবা চীং, পাৎ, তুরেন
অমদি সহরশিংগী মথক্তা
এরোপ্লেন তোংহুনা ঐ থক কোয়রুদ্রি।

লাকত্রেদনা হৌজিক ফাওবা অঙাওবদো
থনমলগা হৌজিক ফাওবা লৌশঙসিদা
নোংসিম্থু ইঙান ঙাল্লকতে
অতিয়াগী থৱাম্মিচাকশিংসিম্থু
ফনা য়াম্না মশিং হুম্থরকলে
লৈচিল নোংফাই অমত্তা লৈত্তে
থাম্থু থোকতে অহুবু
তরল তরল থরতা মউই থৱাম্মিচাক।
লাকত্রেদনা হৌজিকফাওবা অঙাওবদো
থনমলগা ইতোমতা লৌশঙসিদা
ইহে ইহে — লাক্ত্রেদনা।

## রোবোৎ

থেঙনা মন্নৱা শুক্লবা অহিংতুদা
শোরোক নালাগী রোবোৎতো
পোখাবা লৈতনা নুং থুগাইরি ।

কুম লাইনাতুগী অরোইৱা ঈতু চুপ্লবদা
মপুক পেল্লৱা কাও লাবদো
মানা ওসাই চংঙকপা অহোবদো
থিরি কাংখলগী অকোইবদা পাইতুনা
হন্না হন্না লয়না লয়না পাইতুনা
কুম লাইনাতুগী অরোইবা ঈতু চুপ্লবদা ।

অরাপ্পা
য়াম্না লাপ্পা উমং অমগী ময়াইদা
মরৈ হা হা তমলতুনা
মমিৎ কেরুক কেরুক য়েংলতুনা
মপুক হাপলবা, চরি তৎলৱা
নোংশা অমনা থল্লি
অমত্তং ফংলবদিকো চানবা ?
শুপ্নগী অমত্তং ?
শারা, মীরা, ঙারা,
অমা হেক্তা চাননবা ?

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা
শুক্লবা শুক্লং অমদা মচা ময়ামগী মরক্তা

---

শোল্লি তত্তনা মমিং চোৎলবী শোল্লবী লমহুই অমোমতুনা
শজিরা, শঙাইরা, যগ্নাওরা, য়েল্লা
অমত্তং ফংননবা করি বুদ্ধি লৈ ?
চরা হেন্দনবা ইচাশিংসে
খল্লি, শোল্লি লেপ্তুনা
মমিং ইচোং চোৎলবী লমহুই অমোমতুনা
মচা ময়ামগী মরক্তুদা ।

লৌবুক্কী কাচিন অমদা
পীক্লবা বোরাউচি অমনা
মমিং তরু তরু পাঙলতুনা
য়েংলি ফৌ মুনবা মাইকৈদা
লাপ্না লাপ্না অতুগা অকোইবদা ।

নুমিং তারক্লতুনা হনখ্রে
লৌয়া লৌচি কোইরম্বা লৌমী ।
নুমিদাংগী তরা থম্না চারতুনা
পোখাখ্রে, মাগী তাল্লোইগী নাক্তা ।

শোরোক নালাগী রেবোৎতুদি
পোখাবা লৈতনা থুগাইরি নুং
মথং-মথং, মথং-মথং
লেপ্পা লৈতনা ।

# ঐগী ব্রুইংশুং

মুংশিজরবা ঐগী কলম
চাইনানা শাবা, পেকিংদগী লাকপা
মুংশিজরবা ব্রুইংশুং, অমুবা, মথুম্না সনা মানবা,

চহি কয়া পায়জরক্লবা
পরিক্ষা কয়া থাখ্রবা
অত্থুগা শৈরেং, রারেং অমস্থুং রারেম
মশিং লাকওমদনা ইজখ্রবা
ঐগী ব্রুইংশুং মুংশিজরবা
চাইনানা শাবা, পেকিংদগী লাকপা
তাহৌবদা মুংশা মপী হোল্লি ঐ।

থক্কৎনা পরপ পরপ চেনশিল্লুই
বীর টেকেন্দ্রজিৎ রোডকী মতাই ওইরপ
তাত্থনা লৈবা উবদা ঐগী ব্রুইংশুং
মুংশিজরবা ঐগী কলম
চাইনানা শাবা, পেকিংদগী লাকপা।

হরাওনা হোৎচিল্লুই খুনগৎকে হায়না
মী চিল্লবা, গাড়ি চিল্লবা লম্বেলদা
হোৎচিল্লুই শি-নাবা কিদনা খুনগে হায়না।

য়োগদোরে
ঐগী কলম ফংগদোরে

খুনগৎকদৌরে ঐগী কলম ব্রুইংশুং
চাইনানা শাবা, পেকিংদগী লাকপা
নুংশিজরবা ব্রুইংশুং অমুবা, মখুম্না সনা মানবা
য়োগদৌরে, ফংগদৌরে, খুনগদৌরে ।

ইহে, ইহে !
নেৎখ্রে, নেৎখ্রে !
ও, নেৎখ্রে ।

উ বীস্মূক চাওবা, অতিয়া খেৎকদগুম ব্লাংলবা
মৈতৈ চনু অমগী মথ্বাইনা তাজরবা খোংউপনা

নেৎখ্রে !
মচেৎ মচেৎ কাইরে, অমত্তা লৌবা য়াদ্রে
ঐগী নুংশিজরবা ব্রুইংশুং
চাইনানা শাবা, পেকিংদগী লাকপা
উ বীস্মূক চাওবা, অতিয়া খৎকদগুম ব্লাংলবা
মৈতৈ চনু অমগী মথ্বাইনা তাজরবা খোংউপনা

অস !
ওস্থোক্না মীনুংশি খওদেদা
মৈতৈ চনু
মৈতৈ চনু
মৈতৈ মচা মশেন ঙাক্তনি
খরা খরস্থু য়েংনবা ফৈদনা
মৈতৈ মচা মশেন ঙাক্তনি ।

# তাইবংসে চাওরবা লাইয়েংশঙনি

মরুপ
নংনা খঙদ্রবনি
তাইবংসে চাওরবা লাইয়েংশঙনি
অতুগা ঐখোয়না অনাবা ।
থাজদ্রগা য়েংউ উগনি
মশক মতৌ ফজরবা
অয়ুক্কী লৈনাদগীসু থোৎলবা
পাখং লৈশাবী কয়া কয়া
অপাম মিহৌবগী কোলেরাদা
পাকতক পাকতক শিনরি
পৃথিবীসে চাওরবা লাইয়েংশঙনি ।
মহৈ হৈরবা
ব্রাংলবা ডিগ্রি পায়রবা
মীওই কয়া কয়া
থবক ফংদবগী যন্ত্রনা নাহুনা
স্বর পীক্লা পীক্লা হোন্দুনা চৎলি
স্বর পীক্লা পীক্লা ।
অতুগা য়েংউ
ইনাক খুল্লবা
মরল লৈরবা কয়া কয়া
হৈ, খঙদে, হৈতে খঙদে
মতিক চাই খঙদে, চাদে খঙদে
মন্ত্রি ওইনিংবগী কেন্সরনা নাহুনা

ৱানা ৱানা মপুন্সী লেল্লি
য়াম্না ৱানা ৱানা
পৃথ্বীসে চাওরবা লাইয়েংশঙনি ।
অসিদম্মু নত্তে
থাজো মরুপ
করপশন ব্রাইবরি ফ্লেক্তরিগী
পেরেলাইসিসনা তঙ্খায় তঙ্খায় শিরবা
মীওই কয়া কয়াস্মু লৈরি
পৃথ্বীসে চাওরবা লাইয়েংশঙনি
ঐখোয় ঙম্মক অনাবনি ।

# শাদানবা

হাকমনলেনে কৈদৌগেনে শাদানবা নখোয়বো
লেপখোনে কাপ্পদো মিকুপ খরদং হুগী টেন
উমংসিদা লৈবা উচেক রায়া, শজি শঙাইদি লাইরহনা
উ-রা নাপী শিংবিফাওবা
মরু ফংনা তুম্বা তারেনে
নখোয়গী হুগী চৈনাহনা।

লাপ্পবা লমদম
তাম্লবা, মহৌশা লাইরেম্বীগী পোত্থাফম
তোল্লবা শা-উচেকশিংগী চংজফম
নিংথিরবা চিক্লবা উমংসে ওইরেনে হীরোসিমা
অনিশুবা লাঙ্গাও মতুংগী
হাকমনলেনে কৈদৌগেনে শাদানবা নখোয়বো
লেপখোনে কাপ্পদো মিকুপ খরদং হুগী টেন।

কৈস্থ কায়জদবনি কৈ মচাদো
নখোয়না অতম্বনা তান্নরিবদো
নুতি নুমিৎ খুদিংগী
ঐগী ইনাক্তা পোত্থাজবনি
ঐগী ইতমম্বাক্তা তুমজবনি
হেক হেক শারাক তমলুবা লোয়রগা
হাকমনলেনে কৈদৌগেনে শাদানবা নখোয়বো
লেপখোনে কাপ্পদো মিকুপ খরদং হুগী টেন।

খা চিক্লা খাওহ্নুনা লৈরকপনি
নাকোং অনিসি শিংজা য়ৈশিল্লবনি
থম্মোয়সি ঙাইহাক্তা লৈতাদ্রবনি।
ঙম্মক্রে, হৌজিক তুমিন লৈখোকপা
মায়কৈ খওদ্রবা নখোয়গী তেঙ্গে মখোল তাবদা
লৈফম চাফম খওদ্রে চম্লবা শা উচেক খুদিংমক
উরক্তা নারক্তা লোংচবগী শহুম ফংবদা
কৈ মচাহু ওইরবোই নীংহ্নুনা
মরাল লৈজদ্রবা তোল্লবা শা- উচেক কয়া শুরে
নখোয়না মীনুংশি খওদা হাংতোকপিরিবা !

অমুকস্তু
নুংশিৎকী শহুমনা লেওজবা উনারক্তা
নখোয়গী তেঙ্গেনা কাপশিন্দুনা
হাংতোকখ্রবদাই নখোয়বো থা শুরবী ষণবী অমা
অমুক্তা
কৈ মচাহুনা চেনশিনখিবা মায়কৈনি হায়হ্নুনা
কাপশিন্দুনা হাংখ্রবদাই হনুরবা ইরোই বাঙ্গোর অমস্তু
হাকমনলেনে কৈদৌগেনে শাদানবা নখোয়বো
লেপখোনে কাপ্পদো মিকুপ থরদং হুগী টেন।

নখোয়গী
হুই, য়েন, ঙান্থু, খুনু চাখ্রে হায়হ্নুনা
কৈ মচাহুবু ফাগে খল্লবস্তু
মহাকপু চৈরাক পিগে নীংলবস্তু

লঙ্কাগী রাবনগুম সীতা হুননবগীদমক
চংঙকউ উমংসিগী থম্মোয়নুংদা
সনাগী শজি শাদুনা
ঙান্নু, থুন্নু, হুই, য়েনগী মতৌ লৌদুনা
য়াই থাদুনা মহাকপু কৌথোক্লগা
পুখো মাবু
পুখো সীতাগুম পঞ্চবতি বোন্দগী
লঙ্কাগী কোন্নুং তম্না
অত্তুদি নত্তনা
থুত্তা থুলাই পায়রগা
অকনবসি নখোয়নিগী মতাদা
থেংন থেংনবা, চন্নবা পঙলবা
তিন-কাঙ, শা-উচেক-রায়া কয়াগী
মপুন্সী কয়া কয়াবু
খাংঙু থক্তা লেম্না মাঙহল্লিবনো ?
হাকমনলে, হাকমনলে, শাদানবা হাকমনলে
লেপখোনে কাপ্পদো মিকুপ খরদং হুগী .টন।

# ওন্থোকপনি

অঙকপনি

মতা অমনি  মফম অদো
ঐবু কৌরকপগী বার্ত্তন ফংলহুনা
চৎলুবনি উৎসব অহু য়াওগে হায়না
পুংজাহুমক্তদা মখোয়না ঐবু কৌরকপা ।

অহুবু

তমথীনা য়ু ভাওর ভাঙরহুনা
মফি মরোল মথোং খঙদা
মনপ  মতিন ইতৈ তৈনা
তা তাহুনা লৈরম্মী নুপাস্নু নুপীস্নু ।

ফি য়োনবশিংদো

মখোয় মসেন্তা পংকেদা কে
চা থক্তুনা— ক্বা, চা, চুরুপ
ইশৈ ভংল ভংলহুনা পংফমদা ফমই
করিস্নু থওইদে চংওকলিবা মীশিংহু
করি কারবারনো খঙদে মখোয়না তৌরিবা

মাইবশিংদো

মখোয় মশেন মিহুন য়েংনৈ
মখোয় মশেন হিদাক কাপনৈ
পুন্না পুন্না থক চায় হিদাক  লাংথক

নুংশাস্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লহুনা
অনাবগী চৈনাখোল খাঙ্‌ঙমদ্রবা
মখল মখলগী নারবা মীওইশিংনা
থোংজিন্দা তারি ওন্ন থোইনা লাইয়েংশঙগী।

লৈশাবিশিংদো
লীলাগী ফম্বাক্তা তৌগুম্মী
মফি মরোল ইকোম কোম
মশাগী শাজৎ লিচৎ চেকশিন্দ
হেক পোকমিন্নবা মবুং মৌপ্‌বাশিংহুগা
অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাং খঙদা
রোমিও জুলিয়ৎকুম লৈমিন্নৈ।

মহাজনশিংদো
হুরানবগুম কেরুক কেরুক য়েংলহুনা
মনাই মশন নুপী অঙাংশিংনা উথিনি মতাদা
মশাগী উপুদগী পৈশা হুরানজৈ মশামক্তা।

সিফাইশিংদো
লমহুৰু ঙাক্লনবা থমলিবশিং
মখোয় মশেল অমত্তা উনবা য়াদে
অহানবা উৰনা তান্ন তান্নহুনা
মখোয় মশেন পংহাংতা হাংতোকনৈ
অঙম্বশিংনা মখোয়ৰু থাগৎনৈ
মনা মথুম পিরি চাওনা চাওনা
মখোয় মশেন হাংনৰগী অঙম্বশিংহুদা।

---

হোয়দ অহুবুদি
ঈচাওথাদা ঈশিংনা ঈশিং চেন্থখি তুরেন্দা
মুংশিংনা মুংশিং হুমদোকখি উরক্তগী
নিংখায়দুনা তারকই চীংদোন অমদা চীংদোন অমা
মুংশাগী মৈশানা কাহত্তুনা চাকথেকহল্লি
মুমিৎকী মায়থোঙ কালেনথাদা
অতিয়াগী থৱাম্মিচাক কয়াস্থু
মথোয় মশেন থেংগাইনদুনা তারকই
অশোনবা কয়া, থৱাম্মিচাক মথৌ ওন্দুনা।

পন্দিত অত্তুদা
হংলুরন্নু কাম্নররোই নহাক্কি ৱাহংশিংদো
কৈদৌননি, হংলিবমখৈ তুমিন লৈ, করিমতা তৌদনা
য়াম্না লুবা ৱাহং ওইরগনা
কোইলা পেকফমদা থবক শুব মুক মোংপা
লৈমলৈ ঙাগুম হুমাংদা ঈরোইরিবা
অনোক উপ্পা, মিকুপ অমত্তা পোথাদবা,
হংলিবমখৈ খুম্বা, ৱারবস্থু নোক্তুনতা লৈবা
ৱীকশা থৌবা শ্যামোগা তান্নৌ
মফম, মতম, মীশক, মচু, মরোল, মীরোল
অমত্তা চিথদা খঙবনি মাদি
মাগা তান্নৌ য়াম্না লুবা ওইরগনা

পেন্সন ফংলবা
সেক্রেতরি ৱামসিংগী মেম শাবি মেম্মা

মশিং থিঙমদা মচা পোকলবা তুংদা
মচাশিং চাদে শেৎতে য়েংশিন্দা
তেল্লবা শম্না লেংবান্দা ফুরপ
ফি থুংদ পুক্কী উনশাদি কুরপ
খুৎনাং চারবা থবাক্তা এসেন্সকী স্প্রে
লিপস্তিক্তা খুইরবা চিন্বান্দা চুরুপ
খুৎতনা বিয়ারগী গিলাস অমা
চেৎনা থোঙ লোল্লবা কা অমদা
লুনা চান্নজবা মাগী ওলসাস্যান জোনগা
তামিন্নরি রেস্তর্'ন ম্যুজিক অতৈ কনা য়াওদা।

ওস্থোকপনি
মুংথিন্দা মুমিৎ থোক্রবা
অহিংদা ঈচিক হুন্দ্রবা
কোক্কী মহুত্তা খুনিংনা রাথল খল্লবা
কমলা পাম্বীদা হৈনিং পাল্লবা
মমাগী খোমলাং মরিক অমা থকচবা ফংদ্রবা
মমারোল ঙাংলু খুদিং দন্দি ফংলবা
লমদমত্বগী লাইবকথীরবা নারাশিংত্বনা
চাওরক্লগা মী ওইরক্লবদা লমদমত্ববু
করম্বা মখলগী লমদম ওইরক্কবা?
করম্বা মখলগী লমদম ওইরক্কবা?
তাইবংদা !!

# গান্ধীদু নত্তে মহাত্মাদুনি

হাওর হাওরবা উহৈ লৈ
হৈনৌ, থৈবোং, হৈরাংখোই
লৈ লৈ — হাওরবা, থুম্নবা, কান্নরবা'

উহৈহুনি থ ুমলিবদি
উহৈহুনি হাওরিবদি
উহৈহুনি চারিবদি
উহৈহুনি কান্নরিবদি
পাম্বীহুদি ?
উপালহুদি ?
উশাহুদি ?
উনাহুদি ?
চপ মান্নে
চপ মান্নে
নোংলৈশং, উয়ুং
কবুলিয়া, তাইরেনগা
চপ মান্নে
চপ মান্নে
অচুম্বনি
চপ মান্নে।

প্রল্লয়গী মৈরিরক্তগী

# মচা লৌবা

ঙরাং লৈবাকপোকপা
(ঙসি দি উখ্রুল চৎলগনি হায়দুনা)
হাথু হাথু থৌই ঐ, রনজিৎতগী রাইরকপা
মল্লবা মাগী সাইকলদু

নোংমৈবুং তম্না, ঙঝা কুমার উনগে হায়না
অয়ুক্কী পুং মাপনমখায়
ময়াম থবক চৎনবা
ওফিস চৎনবা
মহৈ তম্বা চৎনবা
লাই খুরুম্বা চৎনবা
অদুগা অতৈ অতৈ চৎনবা মতমনি।

শঙ্গেনথোং হেক লানথোকখিবদা
কোন্নুং ওইরম্বদু য়ৌরমদাইদা
সরকারগী চাওরবা লোয়শঙ অমগী মনাক্তা
মীনা পুমকোয় কোয়শিন্না তিল্লম্মী
থবক চৎনবা
ওফিস চৎনবা
মহৈ তম্বা চৎনবা
লাই খুরুম্বা চৎনবা
অদুগা অতৈ অতৈ চৎনবা মীয়াম্না।

উবদা হায়রপ ঙক্কই
কেলগী এডন গার্ডনদা ক্বকদ য়েংবদু নীংশিংঙকই

ইনশিল্লুদা ফারকই ঐ সাইকলগী ব্রেক
তপথরকই রনজিৎকী সাইকল কেদে-কেদা
কেত্রেক-কত্রাক, কেদে-কদে
তৌবগুম ফোরেন কারনা খাম্বদা
চংশিল্লুই তফিং তফিং ঐ
থবক চৎনবা
ওফিস চৎনবা
মহৈ তম্বা চৎনবা
লাই খুরুম্বা চৎনবা
অতুগা অতৈ অতৈ চৎনবতুগী লক্তা।

তিল্লিবা মীয়ামতু
থবক চৎপা, থবক চৎপী
ওফিস কাবা, ওফিস কাবী
মহৈ তম্বা, মহৈ তম্বী
লাই খুরুম্বা, লাই খুরুম্বী
অতুগা অতৈ অতৈ ঙম্নমক
ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদে,
ঐস্নু।

য়োৎশীনা চেকশিন্না খারবা মীয়ামগী ময়ায়দা লৈরিবা
এরেনাতুগী মন্নুংদা

উনমুক ঙৌরবী, হুমাংনা পুম্নলং লংলবী
মচুম তরর তারবী, মনীং ফৌরামুক পাক্লবী
নীংথিরবী মৈতৈ সগোল হাতম অমা
স্বর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা
ফী-ফী, ফী-ফী কামনা লেপলি
তথক তথক মীয়ামদা য়েংলহুনা।
সগোল কাওনদৌরিব্রা খল্লি, তুমিন য়েংই।
— লম্বেল। লম্বেল! লম্বেল!
য়াম্না ফিংনা তুংলোমদগী লাওরকই হৌনা
তাবদা মীয়ামহু তিংঙক তিংঙক য়েংনৈ
থৈদোকনৈ মাগী মাগী নাকন্দা।

মতু ইকোক কোক্লবা
মনপ মতিন ইতৈ তৈবা
মমিৎ ইচোৎ চোংলবা
মমৈ তৎখ্রবা লাইকোই থুংলবা
মকোক্না-ঙম্বা মীরৈবাক্তগী গধা লাব অমা
খাকি শেৎপা মুপা অহুম্না
চিংল চিংলহুনা চংঙকই এরেনাহু তম্না
মমল য়াম্লবা চুরুপ থকপা, অনোক উম্পা
শুৎ, বুট, তাইনা লৈতেংবা মুপা অমনা
য়াম্না চিং লেম্না তুংইল্লহুনা।
কৈদৌদোইনো ?
ঐনা হংলুই চংশিন্দুনা

মচা লৌদোইনি !
য়াম্না চিং লেম্না খুম্মকই
মমল য়াম্লবা চুরুপ থকপা, অনোক উপ্পা
শুৎ, বুট, তাইনা লৈতেংবা নুপা অত্থুনা ।
ঐ ঙকই, মুন্না য়েংই
মতু ইকোক কোক্লবা
মনপ মতিন ইতৈ তৈবা
মমিৎ ইচোৎ চোৎলবা
মমৈ তৎখ্রবা, লাইকোই থুংলবা
মকোক্না ঙম্বা মীরৈবাক্কী গধা লাবত্থুদা
অত্থুগা অমুক
উনমুক ঙৌরবী হুমাংনা পুমলং লংলবী
মচুম অরর তারবী, মনীং ফৌরামুক পাক্লবী
স্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লিবী
ফী-ফী, ফী-ফী কামলিবী
নীংথিজরবী মৈতৈগী সগোল্ হাতমঙ্দা ।
—ঙক্ননু ঙক্ননু
মখা তারকই
মমল য়াম্লবা চুরুপ থকপা অনোক উপ্পা
শুৎ, বুট, তাইনা লৈতেংবা নুপাত্থুনা
মশা ফবা, মরীন লৈবা, মচু ফজবা
ইপা-ইপু হাক্তকতগী হৌনা মৈত্রবাক্তা
মশিং থিঙমদা লৈ সগোল লাবা মৈতৈগী

মখোয়দগী লৌবা মচাতু য়াম্না ফজৈ
মপাঙ্গলসু কল্লি, মথৌনাসু য়াম্না লৈ
অতুবু ঐখোয়না নীংতম্না চুপলি পায়বা ঙমদে
লম য়াম্না হেল্লি, ঐখোয়গী ইখাদা শিজিন্নবা ঙমদে
ম ় রবাক্তগী গধাসিদগী লৌবা মচাশিং'দ
হায়বা ইল্লি, শোঙরবসু ঐখোয়না তৌরিমখৈ য়াই
মশক থিজরবসু ঐখোয়না মীনাইগুম শিজিন্নবা ঙম্মী
অতুগীদমক য়াম্না তাঙনা
শেল য়াম্না তিংনা, রানা লৌরুরিবনি।
সুম্না হায়রকই হুপাহুনা চিংলেম্না।

ও-হ!

মীনাইগুম শিজিন্নবা
মৈতৈ ইপা ইপুগী সগোল পুন্নমক
মপাঙ্গল শোন্থহল্লবা!
মরিন ময়ায় মাঙহল্লবা!
মশক মচু থিহল্লবা!
মীনাইগুম শিজিন্নবা য়ানবগীদমক!
অসিগুম্বা
মতু ইকোক কোক্লবা
মনপ-মতিন ইতৈ তৈবা
মমিৎ ইচোৎ চোৎলবা
মমৈ তৎখ্রবা লাইকোই থুংলবা
মকোক্তা ঙম্বা মীরৈবাক্তী সিগুম্বা
গধাসিগী মচা ঙাক্তা নমহুনা ওইহন্দুনা।

থবক চৎনবা
মহৈ তম্বা চৎনবা
লাই খুরুম্বা চৎনবা
অদুগা অতৈ অতৈ চৎনবা মীয়ামদুগী মরক্তগী
লাকই ঐ থল্ল থল্লদুনা, রাদি ঙাঙদা
তোংলদুনা রনজিৎকী সাইকল অমনবদু
নোংমৈবুং তম্মা ওঝা কুমার উনগে হায়না ॥

---

# মঙগী মরুপ্তা

তানিংদবা ঈশৈ, য়েংনিংদবা মায়থোঙ
তোয়না তোয়না তাও, তোয়না তোয়না য়েংউ
নোংমদি শোয়দনা তানিংঙক্কনি অহুগা য়েংনিংঙক্কনি
তাংখ্রবদা খাঙঙনলোই, উদ্রবদা লৈঙমলোই ।

চহি কয়াগী মমাঙদনি
চপ চাবদি- নংস্থ কাওররিনি
নোংমা ঐগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা
ঋতু বসন্ত চংখিবদো
অহুদগীদি অহুম ঋতুদো চংখ্রে
হন্নকখিদ্রে
মতমতুমক্তগীনি, মাম্নি মতমতুমক্তগীনি
পুন্সীসে ঐগী লৈকংলা ওইহুনা লৈরকপা
লৈঙোইতগী সমুদ্র, ঈশিং মরিক অমা পক্রবা

ঙসিসু ঐ থাজদে
ঐনা ঙসি য়েংজরিবসে
ঙসি থম্মোয়দা ফাওরিবসে
তত্তনা ঐ চিংনজৈ
শুকশোয় শোয়দনা ওইরমগনি তৌশিন্নবা বসন্ত
তৌশিন্নবা ঋতুতুগী তৌশিন্নবা চেক্লাশিং অমদি লৈরাংশিং
থাজদে. ঐ চিংনজৈ ।

---

শুকহায় হায়ররোই খল্লবনি
অমুক তাল্লরোই নীংলবনি
কায়রবা ঐগী থম্মোয়গী মচেৎ মচেৎশিংসিনা
হন্না হন্না থেংজিন্নবগী মখোলসে নভোন্দা
অহ্নম ওইনমক কুইনা ফুমত্তুনা লৈরক্লবা থাতুগী মহিনা
কল্লবা নুংগী চীংমায় থিনগায়ত্তুনা শৌগৎলকই হায়বদো,

নংদি থাজদ্রা ?
মৈগী চীং - নোংমদি পোকথাইরকই হায়বদো,
ঐদি থাজৈ।
ঐদি থাজৈ।

———

# ঐস্সু ইম্মুংদুগী মীনি

হৌজিক নুংনাংবা খরা ফরে
য়ুমত্থদগী থোরকহৌবসি ওস্থোক্লা ফখ্রে
নৎলমদ্রবদি ঐ নীংতমলমলোই ।
মখোয়গী মীচৈ
মখোয়গী মীনোক
মখোয়গী ওৎনৈবা
খাণ্ডমদা খাণ্ডমদা ডম্ময়ক
খাণ্ডবা তাবনি ঙসিস্থু হান্নগুম
অত্থুম হৌজিকস্থু লৈরমলবদি ।
মফমত্থদা ঐ পোকখি
মফমত্থদা ঐ চাণ্ডখি
অত্থবু
পোক্লফম লমদমবু নুংশিবগী ব্রাখনদি
পোকখিদে কৈগুম্বদা পুক্লিংদা ঐগী ।
মীনি হায়বা অমত্তা কৈগুম্বদা
উদবনি ঐনা মফমত্থদা
তোকশি তোকশি
সিগী ব্রাসি তোকসি
ঐ অমা লৈ হায়বা
শমনামফৈ অমা মখোয়না খনবিদবনি
ফনা তোয়না লাওজরম্বনি
মখৌনাও তিংঘল পাইথোকপমখৈ

মখোয়গী নাকোং শেগাইৰমখৈ—
‘ঐ পাখংবগী ঈনি
ব্ৰজবহাদুরগী মচানি
মনিগী লমসিদা পোকপনি।
লাওখি লাওখি ৈমতৈ মচা অমনা
মতোমতা—কনাস্নু তাবিখিদে।
অঙাওবা তাখি
অঙাওবা তাখি

———

# মমিং থোনদ্রিবা শা

হায়রগনু কনা অমম্নু ঙসিদি লমদম অসে নুংশি হায়না
শোল্লগনু নচিন নচিন্দুনা পলেম পোক্লফম লমদমনি হায়না
তৌশিন্নরগনু খঙলে কবি, কপশিন্নরগনু হে লৈবাক নীংবা
হুন্দোকখ্রো কান্নদ্রে নংগী খু.জাক্তগী লৈরাংশিংদো অশিবা
হুন্দোকখ্রো কান্নদ্রে নংগী খুজোক্তগী লৈরাংশিং.দা অশিবা।

সহরদগী থাওমৈনা পূমলং লংলবা লম্বেল কয়া কয়া
চুমদ্রিং চুম্না চুম্না লাক্লগা অশুকপা
অচিকপা উমংশিংদা চংশিনখ্রি মুশুক মুশুক মুনা
খোইদ্রিং খোইদ্রাংবা চীংনুংদগী চেনথরকপা
পিকলবা লোকচপ কয়া কয়ানা
মোং হাদনা চেল্লরি থেক্লা খোয়না
তুরেন ওইনা নংগী ঐগী ইমাগুদা।

মঙদনি ! মান্নি, মঙদা !
ভারত মহাসাগর ফাওহুনা
অতলান্টিক ওসিন তমগে খল্লুবা
অহিং কয়া কয়া লুপাগুম মশেক্লরবা
থাওমৈনা থল্লবা ঈথৎ ঈথৎশিংদা পোত্থারগা
থম্মোয়নুংদা, য়োগে এন্টিআর্ক্টিকা
জয়গী ফিরাল অমত্তং য়ুংগে নীংলম্বা
মঙদনি ! তশেংনমক নংগী ঐগী মঙদা।

---

করিগী খন্দদগে ঐহাকসু পোক্লরবদা তাইৰংসিদা মীওইনা
ইথাবাকসে লোংথোক্লা ইঙক অসে হাইগৎনা
মীওইবা অমনি উৎচগে নীংলম্বনি মীওইৰা মরকসিদা
মীওইবা অমনি উৎচগে নীংলম্বনি মীওইবা মরকসিদা
অত্তুবু কদাইদনো, কনাদনো করম্বনো ঐখোয়নিগী মায়থোঙসে উৎলুগদৰা
করিনো, করম্বা পাউজেলনো হায়য়ু নং ঐনা তমলুগদৌরিবা ?

অপূম্বা খুন্নাই, ফি শেত্রবা লম্বেল, অত্তুগা
মশাগী শদোং মশানা ফক ফত্তুনা চাবা
মশাগী মমিং থোন্দ্রিবা শাশিংসিগী মরমদা
করিনো, করম্বা পাউজেলনো হায়য়ু, নং ঐনা তমলুগদৌরিবা ?
অপূম্বা খুন্নাই, ফি শেত্রবা লম্বেল, অত্তুগা
মশাগী শদোং মশানা ফক ফত্তুনা চাবা
মশাগি মমিং থোন্দ্রিবা শাশিংসিগী মরমদা ?

———

# কুনশুবা সতাব্দী লোইশিল্লক্লে

কুনশুবা সতাব্দী লোইশিল্লক্লে
নোংগী মহুত্তা অতিয়াথক্তগী নুংতুম নুংতুম চুথরক্লে
অমুনবা হৈদা তিন চংলে
মমল হুন্নরে রারক্কী তয়াল মমল হুন্নরে
লৈখোক খুদিং লিনখাক্লা য়েংখরে।
নীংথিরবী গুলাপনি থারুবা নাতোনচাবী ভাক্তা শাৎলক্লে
থুম্লবা থৈবোংপাম্বীনি য়োক্লুবা ; অশি হৈবোং ভাক্তা পাল্লক্লে
ফৌরেন, কুম্বীনি লিংলুবা হাওদ্রু মপাল ভাক্তা শাৎলক্লে।
কুনশুবা সতাব্দী লোইশিল্লক্লে
উথুম্মা তুম-তুম খোংলি
অশংবা ফৌনারক্তা থরান লাংবনগী
শাহিং চাবা কৈ নোংশা খিব্বিক
উমং উমংদগী হেন্দোরক্তি
খাবক, থরাক, পেঙবা ; থরো, থম্বাল, হৈকক য়েল্লি
লোক্তাক্তা অশুমক লেঙদ লৈরি
নৌরবা লৈরাংলক্তা বসন্তগী
গুন গুন খোইমুনা ঙংলি
ঙাঙ্রানবা নুংশালক্তা অয়ুক্কী
থেব মচাশিংনা চেন চোংনা শান্নরি !

কুনশুবা সতাব্দী লোইশিল্লক্লে
তাইবংগী মীওইবা পুম্বসে
বীজ্ঞানগী অরোইবা খোংথাংদা থাংলরে

---

লুরবা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংসে
মীওইবনা য়ুম শাহুনা লৈনরে
মীওইবনা অতিয়াদা মথন্তা চেক্লাগুম পাইনরে
খোঞ্জেলদগী মৈঙাল থোকহল্লে
মৈঙান্দগী ঈশিং ওইহল্লে
ঈশিংনা থাও ওইনা চাকহল্লে
নুংশিংনা মৈবু মুৎহল্লে।

কুনশুবা সতাব্দী লোয়শিল্লক্লে
পাখণ্ড লৈশাবী নুংশিনরে
নোক্লা নোক্লা লৈকোন্দা ব্রারী শানরে
হৈরাং লোঞ্জা চামিন্নরে
লৈরাং লোঞ্জিন চিনমিন্নরে
পাখণ্ডগী থম্মোয়দা নুজাগী মহাও পেনবা নাইখিদ্রে
মঙক ককথৎলে !
মথবাক ফোইদংলে।
মক্রাও শেগাইরে !
বৈজ্ঞানিকুম মচেৎ মচেৎ খাইদংলে
নৌরিবী নুজাগী হকচাং মনুংদা থিরকলে
কামদেবগী নুংঙাইবা অমস্তুং নুংশিবগী মঙাল মশেক
বৈজ্ঞানিকুম খাইদৎতুনা থিরক্লে
নুংঙাইবগী অমস্তুং নুংশিবগী মঙাল মশেক
নুংঙাইবগী অমস্তুং নুংশিবগী মঙাল মশেক

কুনশুবা সতাব্দী লোইশিল্লক্লে
কনাস্থ কৈস্থ হায়নদে কৈগুম্বদা
তুমিন তুমিন লৈনৈ মানা-মানা থোকপা
নুং লৈঙোই বিলামাত্তিনা চেৎনা মখোঙ চনশিনখ্রবা
মনাদা লশিং মেনশিল্লবা
লৎপা লৈত মমিত্তা ঙাঙলবা ঈথেং তারবা
ময়াদা ফিবুল নমলবা
মখুৎ তুংবুন্নরবা নূংগী মুর্ত্তি ময়ামচুনা
কনাস্থ কৈস্থ হায়নদে কৈগুম্বদা
তুমিন তুমিন লৈনৈ মানা মানা থোকপা
তুমিন তুমিন লৈনৈ মানা মানা থোকপা
কুনশুবা সতাব্দী লোইশিল্লকপদা
মখুৎ তুংবুন্নরবা নূংগী মুর্ত্তি ময়ামচুনা ।

## পুন্সী

পুন্সী ,
করিগীনো নহাকপু ঐনা ঙসি
অস্থুক মুংশিরক্লিবা ?
অস্থুক পাম্মুরক্লিবা ?

লমশাং কয়া চৎলকলে
উমং - ব্রামং শা - কৈ মরক
নোংজু - মুংশা, অখাক - অরাও
কয়া মাইরোং য়ুম্মিন্নরকলে
নংগা ঐগা ।

ইমা - ইপা, ইচিল ইনাও
ইতু - ইচা, শাগে - নাতৈ অতুগা মরুপ মপাং

ঙম্নমক নঙোন্দা পুনশিল্লরি
ঙসি, পুন্সী নঙোন্দা ।
নংগা ঐগা খুৎশম্নন।
মঙলান কয়াস্থু মঙলুরি —
নোংমনা, মল্লবা ফাল অমদা ফমতুনা

য়োংনাও কয়াগী লৈবাক্তা
উনাগী লুহুপ উপলতুনা
নিংথৌ ওইগে তেমশিংলুই
রানীনা নাক্তা ফমতুনা ।
নোংমনা, য়োৎতেক অমা পায়তুনা
শায়াম্না য়োম্লিবা উমংদা

নোংশা হাৎকে লান্দারুই।
অমুক্সা, কাংজৈ খুত্তা পায়রহুনা
আরবী সগোল তোংলহুনা
সনাহন লাংলেন থাদোইনা
মশুংলাংগী কৰোদগী হল্লকপহু
ওক্ত্রগনি চৎলুই হরাওনা।
অমুক্সা পৃথী থুংনা মশা ফন্দোক্নুনা
উরুম - উহৈ পিরগে খল্লহুনা
লুম্বীনীগী নাপোমদা, ফমলহুনা
ভগবান বুধদেৰবু শোল্লহুনা
নুমিৎ শিংবুল কয়া কয়া
মঙাল অমত্তং ফংত্রা হোৎনরুই।
অমুক্সা, খুত্তা য়োৎপাক পায়রহুনা
তুম্বা চাবা খঙদ হুমাংলক্তা
ঐখোয়নিনা লেপ্ত তৌরহুনা
হিমালয় ফুক্কেক্কনি তেমশিংলুই।
অমুক্স্া সুৎ - বুত, তাইন লৈতেংলহুনা
খোইদাজবী কনাগুম্বী অমগা
ঈফিল টৱার মনাক্তা
পেরিসগী নুমিদাং কয়া লেনমিন্নরুই
থাপ্লবা ইজিপ্তা চৎলহুনা
নাইল তুরেন্দা ঈরোইহুনা
লীরৰা পীরামিদ য়েংমিন্নরুই,
বোম্বেগী থেঙলৰা মেরিন ড্রাইভতা
মচা ময়ামগী খন্বদা পোথাফম খঙদ্রবী

ভারত মহাসাগরনা খোইরাংলদুনা
হৌনা হৌনা পীরাং শিন্থরিবদু
লৈরাইদা ঈথক্লা হঞ্জিল হঞ্জিল য়ৈরিবদু
থক্লা থক্লা য়েংমিন্নরুই য়ুরি মহি
নিংথৌ শাগৈ কয়া কয়াগী
ঈনা বলিদান তৌদুনা ঙাক্লম্বা
ঙসিনা, শা - উচেক কয়াগী শান্নফম ওইরবা
কোয়না গোলকোন্দা ফোর্ত্তা
রানীশিংগী — অঈংবা অমস্থুং অশাবা
ঈরুজফম হরেমশিংদু য়েংমিন্নরুই
হৌজিক্লা ঈশিং, কংলবা ।

অমুক্লা, ব্লাকচিংগী ঈংলবা অয়ুক্তা
ঙকশম য়োনা পুখ্রিদা লুপ্লদুনা
পুংজা কয়া লেপ্ত ঙংলদুনা
তানশেনগুম নুংমহি চেলহনগনি অশারুই ।
অদুগা অমুক্লা
ইশাগী শক্লোন লৌদুনা
ইশাগী উরোং শাজরগা
শেঙলবা মন্দিরগী লাইয়ামলক্তা
ইশাগী শয়ংবু থাংজিনজরুই
লাই লাংনদ্রবা যুগ অসিদা ।

মঙলান্নরিঙৈ তৌঙমদ্রবা কয়া কয়া
তৌদৌবা অমত্তম্বু তৌহৌদ্রে

পুন্সী —
তারমদাই নুমিৎকি মশেকলক্তা
নংগী পন্থুং য়োৌরকলে
শোয়দনা কায়নরগনি ইবানি
তল্লবা ঙসিগী নুমিদাংৱাইরমসিদা
অহুনা ওইবা তাই — পুন্সী
ঐনা নহাকপু ঙসি
অস্নুক হুংশিরক্লিবা !
অস্নুক পাম্মুরক্লিবা ।

---

# থাদোক্লসি ইমা

থাদোক্লসি ইমা পোক্নফম লমদমসে ঙসিদি।
শন, হামেং, য়াওশিংনা নাপিগী মহুত্তা
চারে শাহিং ঙাহিং — ঈহিং নাহিং তানা
মপুক তপ্লবা পুখ্রি, পাৎ, তুরেন পুম্বদা
তুংলরে, চেল্লরে ফোং ফোং শারবা ঙাঙলবা ঈনা
ঈংলবা, মেঙলবা অমদি মিরবা তাম্না অতুগা হরিনোংনাংগী
মহুত্তা তাররে নাকোং শিংজা য়ৈরবা
ব্রাংখেক, ক্বাক্কী খাঙড্রেবা য়াক্লবা খোঞ্জেলতনা
থাদোক্লসি ইমা পোকনফম লমদমসে ঙসিদি।

লৈকোল লৈকোল খুদিংদা ইমা নংগী
মচু কয়াগী লৈরাংতনা থল্লম্বা
সনারৈ, কবোকলৈ, থাবল্লৈ, খোঙ্গমলৈ
মখল মখলগী লৈনমতনা হারম্বা
হৈকোল হৈকোল খুদিংদা ইমা নংগী
মখল মথেন কয়াগী হৈরাং খিবিক
লেপ্পা লৈতনা চরোং চম্না উশা খুদিং
মঙক নোম্না পাল্লম্বদো কদায় ইমা
মরুভুমি ময়ায়দা হৌবা উপালগুম
লেপকং লেপকং কংলে ঙসিদি
মন্ন ফংনা ওইরে ঙসিদি শিংজা
থাদোক্লসি ইমা পোক্নফম লমদমসে ঙসিদি

মীওইশিংসে ঙরাংত ইচিল ইনাওগুম মুংশিনরম্বা



প্রল্লয়গী মৈরিলক্তগী

হরাওনা ৱারি শান্নরম্বা, লৈত - লাইর খিবিক তান্নরম্বা
ঙসিদি ওইরে কৌরব অতুগা পান্দব
কাঙলুপ কাঙলুপ কুরুক্ষেত্রগী লানয়ায়দা
লৈমায় পুম্বা খুরক হাঙদ
থোৎলবা নৌরবা মীওই কয়াগী
শরু—ঙারু অতুগা ঈ—নাইতনা
পিক থনখ্রে, খোঙথাফম লৈত্রে
চরি তৎলবা হুই অতুগা চারক থক্লক্ত্রবা লংজা
কয়া কয়াগী উৎসব ওইরে
থাদোক্লসি ইমা পোক্লফম লমদমসে ঙসিদি ।

লাক্কদবা পুংজাদো, ইমা নংনা ঙাইবা মীরোন্দো
ঙাইবা ঙম্লরোই হৌজিক য়াম্না থেঙলে
যুগ অসিগী নুমীৎ তাখিবা কুইরে
হৌজিক শুক্ল মমলকলগনি মাইকৈ খুদিং
তমথিরবা শা-কৈ কয়াগী ওয়রনি শান্নফম
শাহিং ঙাহিংগী অপুম অশাতনা থল্লরনি
মীকপ মীরাওখোলতনা নিল্লরনি
মীকুপ খরতং হেক পম্ববদা ইমা
খোঙথাঙ অমা থাঙঙমলোই, শুক্লকলনি
থাদোক্লসি ইমা পোক্লফম লমদমসে ঙসিদি ।

কদাইদনো হংগনু ইমা
ঐস্থ খঙদে -- ঐখোয়না চৎকদবসি কদাইদনো
থোক্লবা অমা মরাইনা লাকচনি লাইবক্তা থোক্লবা
থাদ থাদোকসি ইমা, থাদ থাদোকসি ইমা
থাদ থাদোকসি ইমা পোক্লফম লবদমসে ঙসিদি ।

# পাচা লৈখিদবদা

ওন্থোক্লা থাজদে চংখ্রেদকো মরুপ
নংদি ঙসি তাইবংসিদগী
তাক্লমদা হুন্দোক্লমলগা নরুপ নপিজা খিবিকপু
নহাক উদবদা ঙাওরবী পলেম
নথান্নুংদা ওইনজরম্বী ন'গী তাল্লোই
ফিজিন্নুংদা পুল্লম্বা নচা নমৌশিং
খাঙহল্লমলগা ওন্না থোইনা
লেপ্তা পিরাংলক্তা
ওন্থোক্লাথাজদ চংখ্রেদকো মরুপ
নংদি ঙসি তাইবংসিদগী
তাক্লমদা হুন্দোক্লমলগা নরুপ নপিজা খিবিকপু।

য়েংউ,
নহাক য়াত্তদ্রবদা
নহাক্কী য়ুমসে ইহাঙ হাঙলে
নহারোল সাহিত্য ময়েং তারে
ইমফাল সহর মহাও য়াওদ্রে।

চুম্মী,
নহাক্লা ওন্থোক্লা উশিংখিদে
খানা খানা য়েংখি
নতিন থু—থু শিংলদ্রুনা
ইম্ফাল সহরগী লম্বেলশিংদা
হোটেলগী শীরি কাখৎফমদা



প্রল্লয়গী মৈরিলক্তগী

অতুগা মেমশাহেব শাবা মৈতৈশিংদা
নমীৎ শুকতোক শুকতোক্লহুনা
খানা খানা য়েংখি নংনা তোইনা
খানা খানা য়েংখি ।

নত্রনে —

মরোই মরাং তাক্লবা মৈতৈ সমাজ
চাকনীবশিংদগী ভিক্ষা নীরুরিবা
মীরানশিংদা গুকনোন্না চংজরুরিবা
ইপা ইপুগী খুভমবু খোঙনেংনবা
লমচৎ নাইরক্তবনা লেমজনফম ওইরক্লবা
মাইকৈ খুদিং, মিৎয়েং খুদিং
হামচৎ হামফোইনরবা
খুন্নাই অসিবু উরুবদগী নত্রা ?
নত্রা পারুবদগী নংনা
মৈতৈগী পৎলবা অতুগা শেগাইরবা ইতিহাস ?
অতুদি করিগী !
নহাক্না পুন্সীবু অতুক মিরাইরুগনি ?
পোকঙমদা পোকপা মপোকপু
করিগী অতুক করেম্নরুগনি ?
অতুগা করিগী চোংশিল্লুগনি
অশিবগী খয়াত্তা নহাক্না ?

য়েংঙূই শোরোক লমজাওদা
বেগ অমা, বিরি অমা, শাল অমা
উত্রা হায়না নহাক্না হেক হেক চৎপতু

য়েংঙূই পান তুকান তুকান্দা
চুরুপ, বিরি লৈরিব্রা হায়ত্নুন।
চংলুই হোটেলগী কাচিন কা'চিন্দা
চা থকলিব্রা নংবু খন্দূনা
অতুগা চংলুই য়ু য়োনফমশিংদা
নহাকস্সু ফমলমগনি নীংত্নুনা !

নীংবা কায় !
নীংবা কায় !
হিংলিঙৈ মতমদা নহাক্না
অস্সুক নীংঙমলোই খল্লুদে
খল্লুদে অস্সুক নীংঙমলোই
ওন্থোকনা থাজদ চংখ্রেদকো মরুপ !
নংদি ঙসি তাইবংসিদগী !
ওন্থোকনা থাজদ চংখ্রেদকো !

# উমং অমা

উমং অমা লৈ
চীংনা কোয়না পনশাবা
উ—রানা কোয়না পনঙাকপা
শাগী মখল — শা রাৎতে
উচেক্কী মখল — উচেক রাৎতে
ঙাগী মখল — ঙা রাৎতে ।

শাহিং চাবা শা শঙ্গ শঙ্গ
উচেক চাবা উচেক শঙ্গু শঙ্গু অমম্বুং
ঙাহিং চাবা ঙা শঙ্গু শঙ্গু
ঙম্না তিন্নি, ঙম্না পুল্লি — কুপ্না খন্নে
উমং অতুগী ময়ায়দা
চীংনা কোয়না পনশাবা
উ-রানা কোয়না পনঙাকপা ।

মুন্না খন্নরবা তুংদা মখোয়না
রাকৎলি অমত্তা ওইনা নোংশাদা
নোংশাদা — উমং অতুগী নিংথৌতুদা
— নহাক্তনা নিংথৌ ওইবা য়ারোই
নহাক্তনা লৈঙাকলোন পুম্বা পায়বা য়ারোই
হোজিক পৃথিবী মফম পুম্নমক্তা
মীয়ামগী শাশন লাকলবনি
প্রজাগী অপাম অপাম্বা খন্দুনা
পায়নরবনি লৈঙাকলোন, অতুনা

নপাঙ্গল কল্লি, নথৌনা লৈ হায়দুনা
নংতনা নিংথৌ ওইবা য়ারোই
নংতগী — মীনাই ওইবা য়ারোই হৌজিক ।

মবুথৌ মনত্রি কৈ, তান্নৈ নোংশা তুমিন্না
অদুবু উপায় লৈতে তৌফম খঙদে
খুদক্কা তাখি থাদোকপা শিংহাশন
হনখি কোন্নুংদগী লাপ্না
মভু মচা খিবিক পুদুনা
উমংগী চিদাইদা, চীংগী লোকচপ্তা
অমস্নুং উ-ৱাগী মরক্তা ।

শন্নাও অমনা নিংথৌ ওইরে
উতিন অমনা সেনাপতি ওইরে
হঙোই অমনা চুপলি পায়রে
ঙামহাই অমনা রানী ওইরে
প্রজাগী শাশন লাক্লে উমংদা
ঙসি উমং অশেংবা উমং ওইরে
চীংনা কোয়না পনশারে
উ—ৱানা কোয়না পনঙাকলে ।

# হনগদৌরি

ঙসিদি, সংসার অসিদগী
হনগদৌরিদকো
ঐগী থৌদাং লোইরমদনা ।

পুন্সী চেংজেল নমদা পো
নাল্লকলবদা চৈস্থু স্থ
কয়াদি কুইরে চংলকপা
কয়াদি শাংখ্রে লম্বেলসে
পন্থংনি হায়বা নীংলমদবনি
অরাবা মশক খঙলমদবনি

অদুবু
ঙসিদি খঙহৌদনা হনগদৌরিদকো
হনগদৌরিদকো, ঐগী থৌদাং লোইরমদনা
পাংথোক্কে খল্লকপা লিশিংনি
তৌনিংবা থৌদাং লক্ষানি
কয়াদি ঙমলে ঐনা শিন্থা
তৌগে খল্লকপা পুন্সীসিদা ?
লোইগনি হায়না নিংঙমদবনি
অস্থুক নিংঙমদা হন্নিংদবনি
অদুবু ঙসিদি খঙহৌদনা হনগদৌরি
হনগদৌরি ঐগী থৌদাং লোইরমদনা ।

---

# ঐহাক নিংথৌনি

শঙ্কেন্নহা ওইরম্মী ঐহাক নোংমা
শংলবা, পাক্লবা মপান নাইদ্রবা লমজাওদা
শনগী শঙ্গু শঙ্গু হোইর হোইরদুনা
অদুগা অমুক উখোঙদা খোংলদুনা বাঁশি
ওস্থোক্লা চম্না, হুংঙাইনা পুংজা কয়া লেল্লম্মী।

লৌউবা ওইরম্মী ঐহাক নোংমা
লৈহাও লৈরবা লৌবুক্তা, খুত্তা লাঙ্গোন পায়দুনা
শংলবা ফৌনাগী ফৌরোই য়েংদুনা
কুডলবা - ইঙাগী নোংলীকলক্তা
ব্লাকচিংগী ফৌগে থন্না ফৌরোত্তুনা
কুমজা চুপ্পা অব্রাৎ অপা য়াওদনা।

লাইয়েকপা ওইরম্মী ঐহাক নোংমা
থম্মায় হুরবা - চীংগী নাপোমদা মালংনা লিরি হুম্নবা
প্রকৃতিগী ঙাওরবা লৈরাংলক্তা, চেক্লাগী নিংথিবা শৈশকলক্তা
খুৎতা তুরি পায়দুনা, মচু লিশিং লিশিং খল্লদুনা
পাক্লবা কেনভাস মাঙদা থাদুনা
মখল মখলগী পুক্লিংগী ঈথিলদা ঈরোইননা
য়েকনিংবা লাই কয়া কয়ানি য়েকলম্বা।

ওইরম্মী ঐহাক নোংমা কবি

হোমর, কলিদাস, সেক্সপিয়ারগুম
লোক্তাক তোর্ব্বান কোয়না চৎলদুনা
লোইবী চীংগী নাপোমদা

তরং তরংবা থেক্লা খোয়না চেনবা তুরেন
অমদি মুংশি মুংঙোনগী নীংতম্লবা তরংদা
মুংঙাইনা - মঙলান তমহুনা ইশৈ শক্লিবা
শাবী - শানৌ কয়াগী শৈংেক শৈথাহুনা
ইরম্মী ঐহাকসু পরেং কয়া কবিতাগী।

ওইরম্মী চাকনিবা ঐহাক
ময়ুম মকৈ লৈজদ্রবা
মপা মপু মশক খঙদ্রবা
ফিজেৎ চাকচা মরোল ইরোল তিন্নদ্রবা
মীরমলেন্দগী লাকপা মীওইশিংসিগী থোংজিন্দা
ভিক্ষা নিখি কিগাও শানা চরা অমত্তং ফংননবা।

লেনথি পুন্সীগী পুংজা কয়া
কুংলবা কোইলাগী মৈখুরক্কা
য়াক্লবা মুংথংগী নাকোং পঙশিল্লবা মখোল্লক্কা
মিকুপ অমা পোত্থাদ য়াক্লবা হুমাংলক্কা
শুহুনা লেল্লম্মী পুন্সী, মহাজনগী পুন্সী মুংশাংনবা
তুম্বা চাবা খঙদ থাওথীরক্কা

ঙসিদি ঐহাক —
মীহাৎপা; হুরানবা, মীনুংশি মরিক পত্রুবা
তাইবং খুন্নাইসিগী নিংথৌনি
লৈবাক অসে ঐহাক্কীনি
কোন্নুং অসে ঐহাক্কীনি
শিংহাশন অশে ঐহাক্কীনি।

হায়য়ু ইবো করি পাম্মী ?
ওফিসর ওইগেরা কেরানি ওইগেরা ?
ওঝা ওইগেরা, থিকা তৌগেরা ?
নত্রগনা মী হাৎকেরা ?
অপাম্বতা হায়য়ু, অনীংবতা হায়য়ু
নিংথৌনি ঐ
নিংথৌনি খুন্নাই অসিগী।

চহি লিশিং লিশিংগী মমাংদগী
নিংথৌ কয়া কয়ানা তৌখি
অপাম অপাম্বা — অঙকপা, অকিবা, তুজুংবা

লৈবাক কয়া কয়াদা
মীরোল কয়া কয়াদা
ঐসু নিংথৌনি মযম অসিগী, মতম অসিগী
লৈবাক অসিগী, খুন্নাই অসিগী
হায়য়ু অতো হায়য়ু — নহাক করি পাম্মী ?
নহাক করি ওইনিংই — হায়য়ু নহা হায়য়ু
ঐনা নিংথৌ ওইরিডৈদা।

# ঐহাক্কী লৈফম

কনানা য়েকলম্বা লৈয়েক মেপনো
য়াওদেনা ঐহাক্কী লৈফমদি সিদা ?

চিং - পাৎ, সমুদ্র, লাংখোং
লৌবুক - লমহাং উপাল – ব্লাপাল
লিরবা ইতিহাসকী ফুরা - দলান
ঙম্না য়াওরে, লোইনা য়েকলে
ঐগী লৈফমদনি য়াওদ্রিবা সিদা।

সমুদ্রে ঈশিংনা থাও ওইনা
মৈগী চীং চাকপদা য়াওখ্রবরা ?
নোংপোক্কী অঙাংবা মচুরক্তা
তিনখ্রবরা নোংচুপকী অমুবা মচু
ঐগী লৈফমদনি উদ্রিবা সিদা।

থাশিগী অমম্বা অহিংসিদা
লৈকংলা অসিতং লানথোকনিংই
লৈঙোইগী নোংলৈনা শিৎলক্ত্রিঙৈদা
নুংশাগী মৈশানা চাকথেকক্ত্রিঙৈদা
ঐগী লৈফমহুদা য়ৌনিংই শোইদা।

# থাশিংগী পুনিমা

থাগ্লবা, শুক্রুবা, চীংমুংগীউমং
উচেক রায়াফাওবা চংবা ঙমদ্রবা
ঙমলবা চীংমায় অমদা চহিচা ফয়াদগী
হৌরকলি উয়ুং পাম্বী অমা।

কমদৌননো, করিদৈনো খঙদে —
চাওরবা লিরবা উয়ুং পাম্বীসে
ঙসিদি লেপকং কংলে
উনা অমা উদরে
উশা অমা য়াঙদরে
মশা পুম্বা লৈশোনা য়োমলে
ককচেং, কৌজেং, হারৌশিংগী শান্নফম
ওইরে, উকু মচেৎ অমা পক্তরে।

উতোন্দা, অতিয়া খেৎনা রাংলবা উতোন্দা
মতোন তেকখ্রনা কাচি কারোং অমদা
পুক্লিং হুনা নীংথিরবা কাকলৈ পাম্বী অমা
করিমতা নীংঙায়দ লৈচিল্লক্ত:
নোকমি নোকমি শাৎলি চরোং চরোং
করিমত্তা নীংঙায়দ, করিমত্তা থৌশাদ
লেপকং কংলবা উয়ুংগী উতোন্দা।

. . ..................................

প্রল্লয়গী মৈরিলক্তগী

# কনাগী ইতিহাস ইসিগে

তেংবানবা মপুনা তাইবং শেম্মকৌদগী
লেপ্পা লৈতনা ইতিহাস ইরকলি
ঙসি ফাওবা — ।
চেনা অমা, পরেং অমা, ৱাহৈ অমা
মথং মথং কায়হন্দনা, ৱাৎহন্দনা।

পাখংবনা কংলাদা লৈতারকপা
চীংখুবা যুবরাজনা মোইরাংদা পাল্লকপা
খাগেম্বনা খাগী মায়থীবা পীবা
রাজর্ষীসীনা রাসলীলা শান্নরকপা
কারিগর মনুংদা পুন্সী মাঙগদগী মহুত্তা
শিদোকখিবনা মমা লৈবাক্কীদমক্তা
শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ খনখিবা
ব্রজবাশী পাওনাগী মিংলেন মুৎনাইদ্রবা
য়াঙরে, ইরে, য়েকলে — সনাগী মষেক ময়েক্তা।

থৌদোকশিং অসে ঙসিগী ইখিগদ্রা
হাঙলিবা ইসিহাসকী লমাইশিংস্রিদা
ইখিগদ্রা নৌনা মনা মপা কায়নরবা
ময়ুম, মরল, য়ুমলোন্নবনা মুনবিখ্রবা
পিদৎ পাদৎলবা লমজা অসিনা
লুখাক চগুম খরদং য়ুমথোং য়ুমথোং চংহুনা
নি নিহুনা মপুন্সী লেল্লিবা অসিগী ইতিহাস?

ইখিগদ্রা কুম লাইনা পকপা নুপা অসিগী
তগৎ তগৎ তেকলিবী কুচু তঙাং তঙাংলিবী

মাগী মুপীনা মমাংমক্তদা — মাগী ফমুংদা
অতোপ্পা মুপা কয়া কয়াগা (হায়দি হঙোইরম্মী)
নোংমা নোংমগী চরা তাল্লিবী মুপীসিগী ইতিহাস।

ইখিগদ্রা কম্পনীগী এম্পায়র ওইরবা
হিদাক লিক্লিশিংদা অনৌবা লেবেল নপলগা
শোল্লবা অনাবশিংবু অনৌবা পুন্সী অমা
ফংহল্লগনি ৱাশকুনা হিদাক য়োল্লিবা
মৰুক নোয়রবা ফর্মাসিস্তসিগী ইতিহাস ?

ইখিগদ্রা তনৌ তনৌরীবী লৈশাবীসিনা
পেনসন ফংগদৌরবা ডাইরেক্তরহুগী অরোনবা কাদা
কেরানী অমত্তং ওইজনবগী পুংজা কয়া
মথা চিকুনা হুমাং অর—র তারহুনা
অরাই অথুম রাহংশিংগী পাওখুমলিবী মাগী ইতিহাস ?

ইখিগদ্রা লৈঙাকলোন পায়বা
মরৈবাক মরমদম মালেম্বু মচেৎ মচেৎ
মীরৈবাক মচাশিংদা য়োল্ল য়োল্লহুনা
কলম মমায় চুমলিবা মন্ত্রিসিগী ইতিহাস ?

পুন্সীগী মায়থিরবা মীওই কয়া কয়া
য়ু থকহৌবনি য়ু য়োনফমশিংদা
নীংবা কায়রবা নহারোল কয়া কয়া
এল, এস, ডি, মেরিজুয়ানা, মর্ফিং
চাহুনা কাপ্পুনা তাহৌবনি তুমহুনা
শোরোক নালাদা, তুরেন তোর্বান্দা, লোক্তাক খোংবান্দা
ইখিগদ্রা মখোয়গীসু হাঙলিবা ইতিহাসকী
লমায়শিং অসিদা — ইখিগদ্রা ?

# লোইশিল্লকপদা

মিং অ নিনা পোং অনি—নি উই
না অনিনা খোঞ্জেল অনি—নি তাই
অঙৌবা মচু, ঐগী মিংনা অমুবা ওইনা উই
লুহোংবগী যন্ত্র মখোল মঙ্গুম্বগী কপলাওবগুম ঐনা তাই
শ্রীকৃষ্ণদা ঙাওজবী গোপীশিং ওক্কবীনি হায়রোই করম্না ?
রাধা রাধা কনানো, আয়োনগী মতু নত্তরা ?
জেসসকী মমা কনানো, ভর্জিন মেরী নত্তরা ?
মেরীগী মন্না কনানো, য়াওশেনবা জোসেফখক্করা ?
অহিংদা সহরগী লম্বেলদা মৈনা ঙাল্লিবা করিগীনো ?
মখোল থোক্কবা রেডিও করিগী টেবলমথক্তা থমগনি ?
কায়নখ্রবী ঐগী নুংশিবীনা কৌরকপা করম খুমগনি ?
চুম্বেদা চুম্বে পাল্লিবসিদি থম্বালগী লৈনম নুংশিরিবসিদি
ওফিস অতুগী ওফিসরতুনা করিগী অরানবা তৌগদগে ?
মীয়ামগী ওইরিবা মন্ত্রিতুনা করিগী পৈশা চাগদগে ?
লাক্তি লাকউ মফমতুদা ঐখোয়নি উনসি শোয়দনা
হায়যু ঐঙোন্দা শোয়দনা নংগী অপাম্বতু লোম্না
কৈস্নু কান্নরোই চংলুনু হোরোন খোংলবসু থৈদোকলোই
মচিন্না চুন্না কৌবতনি, মথম্মোয়না করিস্নু খল্লমলোই
চৌকিতু ফম্বা পাম্বতনি, থবক অমত্তসু তৌরকলোই
লাইরিক হায়বসিদি লাইরিকনি, পাদ্রবদি করিস্নু কান্নরোই
নংস্নু চংলু মহাক্কুম, নংগী ব্রাখল তুংলোইননা
চংকনি ঐস্নু শোয়দনা, ঐগী পুক্লিংগী অপাম্বদা
মসিদস্নু ঙক্লবদি অঙকপা হায়বতুনি, অঙকপা।

লোইরবা

[illegible]

মধুবীরগী কোতল্লবশিং—


১। মচু মচুগী অতিয়া

২। কাম্নরবা মুর্তি ঊরগা

৩। মিয়াং তারবা ফাদোক

৪। দ ঐচবার পেসেন্ট এন্দ অদর পোইমস

৫। দ তাইমবোম্ব এন্দ অদর পোইমস


ফংফম ঃ—


ভাগ্য পব্লিকেসন্স

সগোলবন্দ থাংজম লৈরক

ইম্ফাল — ৭৯৫০০১